লাইরিক কোংখদবা তুমিং

সোমবার চতুর্দ্দশী মার্চ ১৭/৩/২০০৩ ইং



কোপী মশিং ৫০০ নি

মমল : লুপা — ৩৫,



লাইরিক ফোংবা

অহুরা মশামকনি।

ফংফম থোকপা

স্বত্ব পুন্নক অইবগী ওইগনি

লাইরিক ফংফম

কৈশামপাৎ গবর্নর রোড ইম্ফাল

কাংজৈবুং মনিং

বিঃ রাজেন শর্ম্মা।

জগন্নাথা বুক ষ্টোর

ইম্ফাল বাজার

---

প্রিন্টর নমফম :

ইমোইন্ প্রেস, [illegible], ইম্ফাল

# ৱারোন খরদং

ইজুক্করিবা লাইরিক মচা ( পুস্তিকা ) অসি সাহিত্যগী পুক্কেদা ঐগী সিগম্তং য়াওহনজনিংলুবদগী পুথোকচল্লিবনি লাইরিক অসিগী মমিং "সতী" কৌই, হায়রিবা লাইরিক অসিবু অমুক্তং হৌবদগী লোইবা। ফাওবা অমুক্ক দি পাবিয়ু নিংশিংজরিবনি পাঠিকাশিংগী মফমদা নোলুক-রিবনি।

অতুগা লাইরিক অসিনা তাক্লিবা খংহল্লিবা উদ্দেষ্যদি মীওইনা পোক্লবদি মী অমা ওইবা হায়বসি নুপী নুপা খায়দে মী অমা ওইগে সমাজগী করিগুম্বা অমদি পাংথোক্কে লাকপা ওাক্তনি। করিগুম্বদগী শোইখিবদা ওইখিদবনি মীওইবগী লাইবক ঐ অসি ওইগনি, অদু তৌগনি অদুবু চিম্বা অমা থবক্লা অমা ওইদবগু য়াওদবসু নত্তে। মীওইবনা লোক্লকপদগী জ্ঞান তারকপদা মাংজরিবসু কয়ানি।

পুম্নমক অসিগী মথক্তা নুপী ওইবীশিংনা নুপী মরুপগী অথোইবী ওইগে "সতী" ওইগে, ওইনিংদবা কনা য়াওদে লাইবক্লা তম্বা ঙাকনু নত্তে, "সঙ্গ" হায়বসিনি খ্বাইদগী লুরিবদি "সঙ্গ" না যত্রবদি মী মাংলিবনি। দক্ষপ্রজাপতি মচা "সতী" মমিংনি শিবশঙ্করগী লোয়নবী ভবানীনি, "দক্ষ" মপা-মচা ওইরুবদগী "সতী" "আত্মঘাট" তৌবনি শোয়দনা থোকপ্রবা থৌদোক্কি, লাইবক্লা তম্লিবরা অসিবো।

"অইবা"

# সতী

## ৪ স্কন্ধ - ৪র্থ অধ্যায়

### মৈত্রেয় উবাচ

এতাবদুক্ত্বা বিররাম শঙ্করঃ পত্ন্যঙ্গনাশং হ্যুভয়ত্র চিন্তয়ন্।
সুহৃদ্দিদৃক্ষুঃ পরিশঙ্কিতা ভবান্নিষ্ক্রামতী নির্বিশতী দ্বিধাসসা ॥

ঋষি মৈত্রেয়না হায়খি, সতীগী প্রজাপতি দক্ষগী যজ্ঞ শালাদা চৎপগী মরমদা অয়াবা অমসুং য়াদবা অসি তৌরগা অনিমক্তা অমাংবা অমসুং ওইবা য়াবনা করিনো হায়বসি খল্লগা শঙ্কর মথক্কী রা অসি হায়রগা ভুমিন্না লৈখরে। হায়রিবা রা অসিদা সতী অমসুং পিতা প্রজাপতিনচিংবা স্বজন মরূপ-মপাংশিংনা য়েংবদা অপাম্বা অতু, পিতৃ গৃহদা চৎননবগীদমক অমত্তা ওইনা য়ুমদগী থোরক্লে, অমুকন্সু শঙ্করগী অকিবা অতুনা য়ুমদা অমুক চংশিনখি; মতৌ অসুম তৌনা অনিরক হন্দোক হল্লিন তৌখরে ॥ ১ ॥

স্বজন মরূপ-মপাংশিংনা য়েংবদা মিৎয়েংবু থওঁদবা ওইগনি হায়বগী থোইনা রাববী সুংশিবগী প্রেমদা কপলিবী, মিৎকী পীনা চোৎলবী অভাওবিগুম, শাওবনা হকচাং পুম্নমক নিক্লবী, মহাক্না মতম অতুমক্তদা, চাংদমনিংঙাই অমা লৈত্রবা পুরুষ হায়বদি (মহাক্না লোইননা চাংদম-নক্কনবা সংসার অসিদা অমা লৈত্রবা) অতুগুম্বা শঙ্করবু হেক থাদোকপা অসিগুম্বা রাখল অসিদা খন্দুনা লৈখি ॥ ২ ॥ অসিগী মতুংদা মপিশিংগী সোইদনা ওইবা স্বভাব অতুনা সতীগী থম্মোই অতু থোইদোকনা অরাবনা কুপশিনখরে, অরাবদা অমসুং অশাওবদা মহাক্কী থম্মোইসুংদা থোইদোক্লা রাখি। মহাক্না খোয় শাংনা হোল্লদুনা মকম অতু থাদোকখি। পেনবিহৈবা মহাক্কী মকমদা ঐগী হকচাং তংখাই অমা দাম তৌথোকখরে,

অসিগুম্বা সজ্জনশিংগী চানরবা মহাদেববু থাদোক্লমগা মমা-মপাগী য়ুমদা চংখরে ।। ৩ ॥

মহাদেবগী ৱাং থওইদনা সতীনা প্রজাপতিগী য়ুমদা চংখরে, মসিমক দক্ষ পিতান তৌখিবা থওইদবা অতুনি, হায়রিবা অসিদা পিতাগী মফমদা থোইনা শাওখিবা পুক্লিংগী অৱাবা অসিনা দেহত্যাগ অসিন-চিংবা কয়া অসি মৈত্রেয় মুনিনা অধ্যায় অসিমক্তদা বর্ননা তৌখরে। সতী পিতৃ যজ্ঞ য়েংবা চংননবগীদমক থোইদোক্লা পুক্লিংদা লাংতক্লবা যুক্তি চাবা প্রার্থনাতু খংলবা মহাদেবন। পুম্নমক যুক্তি মপুং ওইবা ৱাহৈ সম্মতি ওইদবা অসি ফোংদোকখরে, মসিমক মথক্কী অধ্যায়দা বর্ননা তৌরিবনি। পুম্নমক মানদবা ফোংদোকপনি, ৱা পুম্নমক অসি হাইবা মতমদা সতীগী থোইদোক্লী সম্প্রোক্ত ওইদবসি উরগা মহাদেবনা খনখি— মতুদি পিতৃ গৃহদা চংননবগীদমক থোইদোক্লা পুক্লিং থোয়ৱাংবা ওই, মসিদা থোইদোক্লা অপনবা পিরুবদা অনিংবা অতু মপুং ফাড্রহুনা ঐগী ইথক্তা অভিমান কয়া তৌরি সোইদনা মহাক দেহত্যাগ তৌখিনি। অমুক মফম অতুদা চংলুরগা মু পিতাগী দুর্ব্ব্যবহার অতু উরগা মী পুম্নমক্কী মমাংদা পিতান তৌরিবা ঐবু নিন্দা তৌবা অতু তারগা থম্মোই শোকপা অৱাবা অতু খন্দুনা অমহুং মতুগী ফলনা অসিগুম্বা অভিমানী অসিনা সতীদেহ ত্যাগ তৌবা সোইদবনি। বিষয় ২ অসিগী সমস্যানা মাইকৈ খুদিং মঙ্গলদি উররোই, মরম অসিনা অতু ওইরবসু অতুমক ওইরসন্নু, অৱেম্বদা অমুক হন্না অহেনবা প্রতিকুল ওইবা ৱা হায়রুবগী ফল করিনো ? অসুম্না থল্লহুনা মহাক্না অমুক হন্না করিগুম্বা ৱা অমা অমুক হায়দনা পোথাখরে। মায়কৈ অমরোমদনা সতীগী অবস্থা থোইদোক্লা থম্মোয় শোক্লিংঙাই ওইরিবনি। মহাক্না পিতৃ গৃহদা চংননবগী অকনবা ইচ্ছান য়ুম থাদোকুনা মপান্দা থোকখরে, অমুকসু স্বামিগী অক্ষিবদা কিরহুনা য়ুমদা অমুক হন্জিনখরে চংখরে। সতী করিগুম্বা মথলগী তপথবা নৈখি-দরেনা। পুক্লিংগী অয়িনবনা কপখিবদগী মিংকী পিনা থবাক পুমচোৎ চোৎখি। অমুক হন্না অশাওবনা মপুং ফারবা মিং অতুনা মহাদেবনা

য়েংখি অসিদা অমুক মহাদেববু মুন্না খংলদুনা ঐবু উং ওইখিগদরা হায়না হনখি। মতম অসিদা অশাওবা অদুনা মহাক্কী হকচাং পুম্নমক নিকই, পুক্লিংদা থোইদোক্লা পরিতাব পোকই থাঙ্গে শেংনা মহাক অসি তপথবা হায়বদু ফংখিদরে তাকপিনবস্নু লৈখিদরে।

অসিগী মতুংদদি মুপী ওইবিসী ফংঙমদ্রবা অনিংবগী থোইদোকপা অমত্তা তাইরবা পংথবদু লাক্লদুনা পতিগী অয়াবা অমা য়াওদনা পিতৃ গৃহগীদমক যাত্রা তৌখরে। পিতাগী যজ্ঞগী উসব য়েংনিংবগী কল্লবা আকঙথাগী ঈচেন্দা ইকাইখুম্নবগা লোয়ননা হকচাংগী তংথাই অমনা পত্নিগী অনুসাসন মতুংইন্না কল্লবা ঈচেন্দা নাশিংগুম চেনসিনখরে, সতীনা পিতৃগী আলয়দা চংখরে॥ ১—৩॥

সতী মশা মতোমতা থুনা চংপা খোংথাংদা চংপা থোকলক্লে, মহাদেবগী মনিমান মদ অসিনচিংবা কয়ানা মশিং লাকঙমদবা অকিবা লৈতবা মনাই কয়ানা অহানবা অমসুং যক্ষশিংগা লোইননা বৃষধজবু মাং থারগা থুনা চংলদুনা মহাক্কী মতুং ইনখ্রে॥৪॥ মথোইনা অনুচরশিংনা সতীবু বৃষরাজগী মথক্তা থাঙ্গংলগা সারীপাক্ষি কন্দুক দর্পন অমসুং পদ্ম অসিন-চিংবা শাননবা পোং কয়া অম্না পে অঙৌবা হুমাই লৈপরেংনচিংবা নিংথোগী ওইবা, সঙ্গীতকা লোইনবা দুন্দুভি-শঙ্খ বাঁশী অসিনচিংবা খোংনবা য়ৈনবা অসিগা লোইননা থৌরাংদুনা চংখরে॥ ৫ ॥

সতীনা হায়রিবা পুম্নমক অসিগা লোইননা মনাইশিংগসু লোইননা পিতাগী যজ্ঞ মফম অদুদা থুংখরে, মফম অদু মাইকৈ মরিদগী বেদগী ধবনিনা মরুম ওইরদুনা যজ্ঞগী ওইবা পশুবধ অসিনসু নিংথিজখি। মাইকৈ মরিদা ব্রহ্মর্ষি অমসুং লাইশিং লেংশিন্দুনা লৈখি। মৃত্তিকা কাষ্ঠ-লৌহ-স্বর্ন-কুশ অমসুং চর্ম্ম অসিনা শাবা যজ্ঞগী ওইবা পাত্র কয়ানসু মফম অসিদা নিংথিজখি॥ ৬ ॥

সতীনা মফম অদুদা থুংলবদা, মহাক্কী মমা অমসুং মচন-মচেশিংনা করিগুম্বা দক্ষবু কিখিবদগী কনা অমতনা মহাকপু সনমান পিখিদরে,

তৌইগুম্বসুং মমা অমসুং ভগিণীশিংনা মুংশিবগী পিমা শিম্বরতুনা মহাকপু আদর তৌতুনা মুঙাইবগা লোয়নতুনা অলিঙ্গন তৌখি ॥ ৭ ॥

ভগীনাশিংনা পোকমিন্নবনি হায়রগা মখোই পুন্নমক্তা মঙ্গলগী রা কয়া হংনতুনা কয়া মুংঙাইনখি ১সুং মমা ১যদি পোকমিন্নবশিংনা আদর তৌরতুনা মখোয় পুন্নমক্তা মতিক চাবা প্রর্থনানচিংবা অমসুং অথোইবা আসন পিনখি, সতীনা অতুবু করিসু থৌওইদে, মরমদি পিতান মহাকপু করিসু আদর তৌদে ॥ ৮

মহাদেবী সতীনা উখি ; অসিগুম্বা যজ্ঞ অসিদা মহাদেবগীদমক করি-গুম্বা শরুক ১মা নৈতবা ১সুং পিতান শিববু কৌবা তৌদবা মনিং মথা তৌবা খংদবা অতু উখরে। হৌজিক যজ্ঞ সভা অসিদা করিগুম্বা সমাদর অতু তৌখিদরে। পুন্নমক অসি উরগা সতীনা শাওখিবনি, মহাক্তা খংই মরম অসিনা মহাক্তা খল্লি জগৎ পুন্নমক লোইনা চাকথেক্তুনা মাংহনগে নিংখরে ॥ ৯ ॥ দক্ষবু ম্যাংননবগীদমক সতী তৌজবদগী মথক কয়াগী ভূত পুথোকখরে, সতীনা মখোয় পুন্নমক অতুবু ককথৎলগা, কন্মগী লম্বীদা নাপল তৌরিবা অসিগুম্বা শিববু য়েক্লরিবা দক্ষবু য়াযা শাওনা অয়াকপা রাহৈনা লোগ পুন্নমক্তী মমাংমক্তদা নিন্দা তৌবা হৌর-কলে ॥ ১০

সতীনা হায়খি – মহাক্তা পুন্নমক্তী প্রিয় আত্মশ্বরূপ ওইবা জগৎ অসিদা অথোইবা ওইরিবা মশিবু কনানা লাম্হোকপা ভমদবা ১সুং মঙোন্দা চানবা চানদবা থাইদবনি কনাগসু বিরোধি খংনবা নৈতবনি। অসি-গুম্বা পুন্নমকি আত্মা ওইরিবা মহাদেবগী মফমদা ইবুংঙো নহাক্তা তোঙাম্বা রাখল শাওবা তৌরি ।। ১১ হেদ্বিজ ! নহাক্তী মতৌগুম কনা কনাগুম্বা সাধু ওইদবশিংনা অথোইবা গুনশিংগী মমুংদা দোষ তোশিল্লি, তৌইগুম্বসুং সাধু ওইবা কাংবুনা মাতু তৌদে। মখোয়না "মহওম" শিদবু থোইদোক্তা সজ্জন অসিদগী অংতোপ্পা সামাজনা গুনবু থোইদোক্তা শন্দোকপা মথোয়গী অপাম্বনি, নহাক্তা অতুগুম্বা সজ্জনশিংগী মফমদা মতিক চাদবা ব্যবহার তৌখরে ।। ১২ ।।

মখোয় পুন্নমক্কা মাংখিগদবা জর কেহ অসিবু আত্মানি হায়রুনা চংলি থংলি অসিগুম্বা সাধু ওইদবশিংগী মায়কৈদা মতম পুন্নমক্তা মতিক মগুন লৈবা মহাকশিবু নিন্দা তৌরি, মসি অঙকপনি? মরমদি মহাপুরুষশিংনা মশাবু নিন্দা তৌদে; মহাপুরুষশিংগী পদধুলি কোক্তা হাপলিবনি। সাধু ওইবশিংবু থওইরুদবনা মখোয়গী তেজ অদু মাংশিল্লকই। মরম অসিনা মীবু নিন্দা তৌবা হাইবা অসিনা সদাচার মাংশিল্লকই, ফজবসু লৈরক্তে ।। ১৩ ।।

লাইগী লাট ওইবা শঙ্কর অসে মথল মথা অয়াম্বা যুক্তি বিচারনা তিনবনি সতীবু থওইদরবসু মহাক্না করিসু তপথবা লৈতনা পতিগী অয়াবা য়াওদনা মশা মতোমতা পিতৃগী গৃহ তয়া যাত্রা তৌখরে। মতম অসিদা শঙ্করগী অনুচরশিংনা সতীগী অলঙ্কার কয়া ১সুং শঙ্করগী বাহন বৃষরাজগা লোইননা থুনমক মহাক্কি মতুং ইন্দুনা লম্বীদা মহাক্কী অলঙ্করনাচিংবা পুন্নমক শমজিল্লগা বৃষরাজগী মথক্তা কাখৎহলগা চৎখ্রে। অসিগী মতুংদা সতীনা দক্ষগী যজ্ঞ শালাদা উপস্থিত ওইরবদা দক্ষনা ১মদি অতোপ্পা পরিজনশিংনা মহাকপু (সতী) বু আদর তৌখিদরে-- কেবলমাত্র মমা ১সুং ভগিনিশিংনা লাকলগা পেন্নবা আলিঙ্গন তৌবা ১মদি আসননচিংব পিখি। ইকাই খুমনিঙাই ওইবা সতীগী মপাগী (দক্ষ) গী দুর্ব্যবহারদা থোইনা রাবা পোকই, মরম অসিদগী আসন্নচিংবা অমত্তা লৌখিদে হায়বদি মাতুনা ফমতুনা সাধাবন হৌনবা অদু তৌদে। অহানবদা কৌরুদনা লাকপা, মহুদা লাক্লবা মতম অসিদা ইকাই খুমদবগী মুংনাংবা পোকপা হায়রিবা অসিদা সতীগী থোইদোক্লা অরাব নংবা হায়বসি অভিমান অদু বিরক্ত ওইবা মথৌনি। মদু ওইরসনু মহাক্না যজ্ঞক্ষেত্রগী মাইকৈদা য়েংখিবদা অরাবনি! নফম অদুমক্তদা বেদগী মন্ত্রগা লোইনবা যজ্ঞগী ওইবা পুন্নমক সুনা লৈরে অমসুং যজ্ঞ অসিগী ওইবা দেবতাশিংগী শরুক মহাক মহাক্কী শরুক লোইনা লৈ কংলি। থাঙ্গেশংনা রুদ্রদেবগী করিগুম্বা শরুক অমা লৈবদি উদে।

মওং অসি উরগা সতীগী অশাওবগী শরুক হাইনিংঙাই লৈতনা হেনগৎলি, শরিরদগী মন্তান কয়া পুথোকলকলে অমসুং হাইরিবা তেজ অদুদগী ভুত কয়া ১মা পুথোকলক্লগা দক্ষগী মাংননবা কয়া থোরাং তৌখ্রে। সতীনা মতম অসিদা নিষেধবাক্যনা মখোই পুন্নমক্তা হাইরগা সভা অসিদা পুন্নমকী মমাংদ পিতাদক্ষবু থওইদবা উশিত্তবা রাহৈ কয়া হায়খি। সতীনা হাইখি— হে পিত! ইহলোগ অসিদা সর্ব্বশ্রেষ্ঠ লাইগী লাই হাইনা পুন্নমক্লা খংনরি, মহাকী মফমদা শত্রু মিত্রগী ভাব লৈতবনি, পুন্নমকী মফমদা সন্মান ব্যবহার তৌরিবনি, মহাক্লা কনাগুম্বগী মফমদা বিরোধ লৈতবনি, অদুগুম্বা মহাদেবগী মফমদা প্রতিকুল ওইবা আচরন তৌবদি পিতাগী ১মত্তা ঙাইব অমাংবনি॥

হে পিত! জগৎ অসি উরি জগৎ লোগ অসি অহুম পোক্লা থাই-দোকই, মদুদি মহান, মহত্তর, মহত্তম, মখোইনা অতোপ্পগী দোষ নত্রগা গুন কনাগুম্বশিংগী মফমদা য়েংউবা লৈতনা তশেংনমক মতিক চাবা দোষ গুন বিচার তৌরি মখোয় অদু "মহান" নি। মখোয়না অতোপ্পগী দোষ অদু য়েংউদনা, থাঙ্গৈশেংনা গুনতবু লৌরিবা অদু "মহত্তর" নি। অমুকসু মখোয়গা দোষগী মাইকৈদা অমুক হন্না য়েংউদ্রবা তৌইগুম্বসুং গুনতবু ফংলগা মদুদা ইকাই খুন্নরিবা থাগৎপা অসিনচিংবা অসিনা মরম ওইদুনা অহেন্বা ফংলকপা অদু লৌদুনা মদু যতন তৌনা থম্বা অদু "মহত্তম" নি। মসিদা যান্না ঙক্লিবনা মহাকী অসিগুম্ব মহত্তম ওইবশিংগী মফমদা য়েক্রবা ওইনা খল্লিবা অদু নত্রগা মসিদা ঙকলোইদবগী মরম লৈতে, মরমদি মখোয়গী করিসু লৈতবা মাংখিগদবা দেহ অদুবু পোইদোক্ল অভিমান তৌরি। আত্মতত্বগী মরমদা করিসু য়েংউবা লৈতবা অসি ফত্তবনি। পুন্নমক অসি অমুম্বনা কুপগ্রবা জীবগী মফমদা মহাপুরষবু নিন্দা তৌবা স্বভাব নত্তে, মরমদি মহাপুরুষগী পদ ধূলগী স্বভাবতা, মহাক্কী মফমদা মখোয়গী প্রভাব ময়েং তাবনি মরম অসিনা য়েক্রবনি খল্লোইদবনি করিগীনো? ॥ ১৪

মহাকী "শিব" অসিগুম্বা অনিতমক ওইবা মরেক অনি অসিগা হেক তিনরুবা অমুক্তং হেক উচ্চারন তৌরুবদা মী অদুদা লৈরম্বা পাপ মাংলিবনি ১স্নুং অসিগুম্বা ইবুংঙো মহাকী শাসন অসি থক থওইদবা তৌরোক্টইদবনি। অসিগুম্বা পুন্যগী মশক ওইবা মহাদেবগী মফমদা য়েক-নবোইদবনি। অরাবনি! থোইদোকনা অমঙ্গলগী মশকনিদা॥ ১৪॥ আদিদেব ব্রহ্মান মুংঙাইবদগী মধুপান তৌবা পাম্লহুনা সাধু ওইবশিংগী পুক্লিং হুনবগী মশক ওইবা থোইমুশিংনা ইবুংঙো মহাকী পাদপদ্মবু সেবা তৌদুনা লৈরিবনি। ১স্নুং অদুগুম্বা ইবুংঙো মহাক্না সকামি ওইবা পুরুষশিংগী মফমদা অপাম্বা ফল পিরিবনি। মহাক্না অসিগুম্বা জগৎকী মরূপ ওইরিবা শিবগী মফমদা দুংঙাইতবা হেক্রুবগী আচরন চংলি॥

ইবুংঙো মহাক অসি শ্মশান্দা মোংলবা ইফুল, উং অমস্নুং মী মকোক ধারন তৌই জটাসন্দোলগা হিংচাবশিংগা লোইননা মোংফমদা শান্নে। অসিগুম্বা শিব কৌবা মঙ্গলগী মশক ওইবা দেবতা অসিগী তত্ত্ববু ইবুংঙো মহাক্তগী তোঙাম্লিবা ব্রহ্মাণনচিংবা অমদি অতোপ্পা কনা-গুম্বা দেবতাসিংনা খংদ্রিবনি। মরমদি মথোয়শিং অসিনা শিবগী চরন্দগী থোক্লকপা নির্ম্মল্য পুদুনা চংলি॥ ১৬

ফা-পুন্দুনা থম্লিবা মীওইবনা মতম অদুদা কনাগুম্বনা ধর্ম্ম ঙাকপি-হৈবা মীশিংনা স্বামিগী নিন্দাবাদা কীর্ত্তন তৌই। অমস্নুং অদুবু তারগা কনাগুম্বনা মতম অদুদা মহাকপু হাংতোকই অমস্নুং মশা মতোমতা শিজবা ঙমদ্রগা অদু ওইরবদি মনাকোং অনি অদু মেনশিল্লগা মফম অদুদগী চংথোকই। অমুক ঙম্নবদি শিব নিন্দা তৌবা কুবাক্যশিংগী মরৈ অদুনা মদু ককথংলি, অদুগী মতুংদা মথাই থাই মসি মাগী ধর্ম্মনি॥ ১৭॥ মতম চুপ্পদা অত্মাগী তত্ত্ববু খং-হৈবা পুক্লিং অনি লোংদবা অথোইনা যোগীশিংনা শঙ্করগী বুদ্ধি রাখল অসিনা বিধিনিষেধ ওইবা বেদ বাক্য থক শিজিন্নদে। দেবতা অমস্নুং মনুষ্যগী মতৌগুম মথল

মথা য়ামই, মতৌ অদুম্না প্রবৃত্তি মার্গ নিবৃত্তি মার্গ মাইকৈ অসিদস্তু ওইসন্নু, মথল মথা অয়াম্বা ধর্ম্মদা চংশিল্লগা মতুদা লৈরগা অত্তোপ্পা লম্বীদা লৈরবস্তু করিগুম্বদা নিন্দা তৌদে ।। ১৯ ।।

প্রবৃত্তি অমসুং নিবৃত্তি অনি অসিগী কর্ম্ম লৈ অশেংবনি মরম অসিনা বেদদা পুক্লিং চংবা অমসুং বৈরাগ্য ওইনা ফিবম অনি অসিদা তোঙান তোঙানবা অধিকারীনি, অসিগী মতুং ইন্না কর্ম্ম অনি অসিগী তোঙানবা ভাবলক্ষন লৈ। মরম অসিনা কাত্তা অমত্তনা মতম অমত্তদা কর্ম্ম অনি তৌই। মতৌ অদুম্না অরেপ্পদি লৈতে, পরব্রহ্মস্বরূপ ওইবা ভগবান শঙ্করদা করিগুম্বা মওং অমগী কর্ম্ম লৈতবনি ।। ২০ ।।

হে ইপা ইবুংঙো! নচা ওইবা ঐগী অনিমা লঘিমানচিংবা ঐশ্বর্য্য ৮ মক গুনা লৈজে। অসিগুম্বা যজ্ঞ মফম অসিদা যজ্ঞগী অন্ননা নোইরবা কর্ম্মকাণ্ডদা পুক্লিং লুপ্লবা কর্ম্মিশিং অসি থাগৎনিঙাই ওইদে। কর্ম্মিশিং অসিনা মসিগী মরমদা মুন্না খংদে। থাঙ্গৈ শেংনা ব্রহ্মাজ্ঞাণীশিংতনা খংবা ঙমগদবনি, অসিগুম্বা ঐশ্বর্য্যগী ওইবা গুণ অসি পিতাগীদি করিস্তু লৈতে ॥ ২১ ॥

হৌজিক পিতা দক্ষনা শঙ্করগী মফমদা যেক্লবা ওইরি, মরম অসিনা ইবুংঙো নহাক্কী দেহ অসিদগী ঐগী দেহ অসি পোক্লকপনি, অসিগুম্বা মপোক অসি থোইদোক্পা তুকচৈ, মরম অসিদগী অসিগুম্বা দেহ অসি পুগদবা মতিক চাদরবনি। শোইদনা থাদোকপা তাই। অসিগুম্বা কত্তবা মীগা তিন্নবা রারি শান্নবা ইকাইনিংঙাইনি, কনাগুম্বা মীনা মহাক্কী মফমদা অপ্রিয়বাদি তৌবা মতুদগী ঐ পোক্লকপনি হায়বদা ঐ অসি তোল্লবনি ॥ ২২ ॥

ভগবান শঙ্করবু মতম অসিদা করিগুম্বা নোক্লবা থওইদবা তৌরবদি ঐবু নহাক্কী নচামক্লি দাক্ষায়ণী মিং অসিদা কৌরবা অদু ওইরবদি মতম অদুদা ঐগী পরিহাসদগী পোকপা নোকপা অদু নমহৎকনি, ঐ অসি হায়নিংঙাই লৈতনা রাল্লবনি। মরম অসিনা নঙোন্দগী পোক্লকপা

অশিবগী মাপ্পরবা ঐগী হকচাং অসি মতম অসিমক্তদা শোইদনা থাদোক্লগনি ।। ২৩ ।

সতীনা শঙ্করগী মফমদা দক্ষ (পিতা) গী থওইদবা ব্যবহারগীরা অসি তাবদা পুক্নিং রাররবা থওইবীদবা অসিদা পিতাগী যজ্ঞোসব য়েংবা লাকই তৌইগুম্বসুং মফম অসিদা লৈরগা অহুগা মরি লৈননা পিতাগী দুর্ব্যবহার অহু খল্লবাগা তপথনা লৈবা ঙমখিদরে। পতিব্রতাশিংগী সতীদেবীগী অম্বাবা অহু হুন্দোক্লগা অমসুং পতিগী অপমান অহুদা থাংবা ঙমখিদরে। যজ্ঞদা শিবগী শরুক লৈখিদরে অসিবু উরগা অবমানগীদমক্তা থম্মোইদা মৈ চৌনা শাওখি অমসুং ইকাইবগা লোইননা পিতা (দক্ষ) বু তিরস্কার তৌখ্রবনি ।।

তেজলৈরবী সতীনা হায়খি হে ইপা! ব্রহ্মানচিংবা দেবতাশিংনা মহাক্কী চবন্দগী তারকপা উফুল কো ৬া হাপ্লিবনি। মহুদা পিতানা মোংফমদা লৈবা উৎর্তৈক হায়দুনা থওইদবা তৌরি, মসি পিতাগী থোইদোক্লা থংদবগী মতনি। দেবদা চংশিনবা অমসুং থাদোকপা লম্বী অনি লৈরিবনি অশেংবনি, অমুক হন্না লম্বী অনি অসি অধিকারি ওইরিবনি। থম্মোইগী অপান্বনা মাং থারগা মহুগীদমক যাগযজ্ঞনচিংবা তৌহুনা অপান্বা অহুদা লৈরিবনি, অপান্বা লৈতবা নিষ্কাম ওইবা বৈরাগ্য পোক্লবগীদমক শম-দম অসিনচিংবা অসি নিবৃত্তিপথ লম্বীনি। তৌইগুম্বসুং মখোয়না অপান্বা অমসুং পামদবা অনি অসিগী রাংমদা লৈথ্রবা থাঙ্গৈশেংনা পরমাত্মা অহুতবু পাম্লিবা সত্বরজতম গুণ অহুম অসিগী মাইকৈদা করিগুম্বা মিৎচিনা য়েংথ্রবা মখোয়গী মফমদদি শম-দম যাগযজ্ঞগী অমুক অধিকার লৈত্রে। মরমদি মখোয় অসি করিগুম্বা বিধি নিষেধ তৌবগী দত্তি ফংত্রবনি, মরমদি "নিস্ত্রৈগুন্যে পথি বিচরতাং কো-বিধিঃ কোনিষেধ।" গুণ অহুমগী রাংমদা লৈথ্রবা মখোয়গী মরমদা বিধিগী নিষেধগী অধিকার ওইদরে। মরমদি ইপানা করিসু লৌকিক্কী ঐশ্বর্য্যগী নাপম্না পরমাত্মা ওইবা শঙ্করবু খৌওইদরে অমসুং অনিমা লখিমা মহিমা

অসিনচিংবা মহিমা করিসু লৈতবনি। পিতান কর্ম্মগী লম্বীদা পংথবগা সন্থগী মরমদদি করিসু অনুভাব তৌদে। মরম অসিনা অসিগুম্বা দেবগী দেব ওইবগী গুনা গুনগী আলোচনদি করিসু অধিকার ওইদরে। নখোইগুম্বা সাধু ওইদবা মীদগী ঐ অসি পোক্লকপনি, মসিদা ঐগী থোইদোক্লা ইকাইনিঙ্ঙাই ওইরে। অসিগুম্বা রাখল অসিদা অসিগুম্বা পরমদেবতাবু নিন্দা তৌরি, মসে ঐ খঙদবা নত্তে। মহাগুরু ওইবা দেবতাবু নিন্দা তৌই তাবদা খুদক অদুমক্তদা নিন্দাকারী অদু মরৈ থদংতুনা মথাই মাংহনবা শোইদমনি। তৌইঙম্বস্তুং ঐনা লোক অসিদা উব্রবদা মনুদগী কিথিবনা মখোয়গী মর্থক্তা দণ্ডবিধান তৌবা ঐনা পামখিদে। মরম অসিনা ঐগী রাখল্দগী পোকপা ভুত কাংবু মমাংদা চান্না ককথংলগা থম্লিবনি। তৌইগুম্বস্তুং নহাক্কী থরাই ঐনা ঙাকপা ঙম্লোই, মরমদি কনাগুম্বনা থংদনা ফত্তবা চান্নরে মতুংদা খংলক্লগা ওথোক্লগা মহাক্কী অদু তৌগদবনি। মতৌ অসুম তৌদুনা ঐ অসে নঙোন্দগী পোকপনি হৌজক অন্যায় তৌরি, মসে মতম অসিদা থংলে অসিগুম্বা অসি থাদোক্লগে অদু ওইরবদি শোংলগনি॥১৪ ২৩

মৈত্রেয় মুনিনা হায়খি—হে বিদুর সতীনা অসুম্না দক্ষগী যজ্ঞ সভা অদুদা দক্ষবু চৈহংলগা রা অমা ঙাংদনা তুমিম্না যজ্ঞগী অরাং থংবদা লৈপাক্তা করিগুম্বা আসন অমা য়াওদনা ফমথখরে। অমস্তুং সনা ফিগেনা হকচাং খুমজিন্দুনা আচমন তৌরগা মিৎ উইশিন্দুনা যোগ সাধনা তৌখরে॥ ২৪ ॥ নিন্দা তৌনিংঙাই লৈত্রবা সজংনা মহাক্কী ওইবী সতীনা লেংদনা ফম্লগা প্রান অমস্তুং অপান বায়ু থিংজিল্লগা নাভিচক্রদা মানবা মিৎ য়েংলগা নাভিচক্র অসিদগী উদান বয়ু তপ্না তপ্না মথক্তা পুখংলক্লগা রাখল মুন্না খল্লগা থম্মোয়নুংদা লেংদনা থমগ্রে। অসিগী মতুংদা থম্মোইনুংদা লৈরিবা বায়ু অদু খোরিচম্না মরম ওইদুনা মথং মথং পুখংলকুনা পিঙম অনিগী মরক্তা পুখংলকখরে॥ ২৫ ॥

সাধুশিংনা থোইদোক্লা পূজা তৌনরিবা মহাদেবকী দেহ অদুবু ইকাই খুম্নবগা লোইননা রাখলদা হন্না হন্না তম্পাক্তা ধারন তৌখরে।

অসিগুম্বা দেহ অসি দক্ষগী মফমদদি শাওরিবনি, থোইদোকপা পুকচেম্না সতীনা যোগগী লম্বীদা ধারন তৌরগা দেহ অসি থাদোকপা পাম্লবী সতীনা মশা পুম্নমক্তা মুংশিং অমত্তুং মৈ অসি পুথোক্লকখরে ॥ ২৬ ॥ অসিগী মতুংদা ত্রিভুবন্না পূজা তৌরিবা নিজপতি শঙ্করগী শ্রীপাদ পদ্ম মকরন্দবু থল্লহুনা (চিন্তা) তৌরহুনা সতীনা করিগুম্বা অমা থল্লুবা য়েংলুবা করিস্তু লৈখিদরে। থাঙ্গেশেংনা ইবুংঙো মাগী পদপদ্ম অদুতদা মিৎয়েং থমখরে। অস্নুম্না মহাক পাপ অমদি দক্ষ কন্যা হায়বা অভিমান অসি থাদোকখরে লাপ্পা থমখরে, হায়রিবা খুদক অসিমক্তদা সমাধিদগী পোক্লকপা মৈ অদুনা সতীগী দেহ চাকথোকখরে ॥ ২৭ ॥

অসিগুম্বা অঙকপা থোদোক অসিবু উরগা আকাশদা অমত্তুং পৃথিবীদা লৈবা মী অমত্তুং লাই পুম্নমক্না করিনো হায়বা হা হা কার-ধবনিন পুমনিন নিনখরে। পুজ্য মহাদেবগী অতি প্রিয়া অমদি দক্ষ কন্যা সতী শাওবদগী প্রান থাখরে হায়বসি ঙাংনখি ॥ ২৮ ॥ অমুকস্তু ওন্থোকপনি জগৎ অসিদা লৈরিবা প্রজা পুম্নমক, অসিগুম্বা দক্ষগী অকিবগী মশক ওইবা লমচৎ অসি য়েংউ। মতম চুপদা ঈকাই খুম্নবদা মতিক চারবা, থোইদোক্না ফজবা পুকচেম্ন তিম্বী সতী মহাক্কী মচানুপী কন্যানি মহাকপু অপমান তৌখিবদগী মহাক্কী প্রান থাগ্রবনি অঙকপনি ॥ ২৯ ॥ থোংদোক হেন্দোক্না খাংবনা রারবা থম্মোইনি ব্রক্ষদ্রোহী শিববু য়েক্লরিবা প্রজাপতি দক্ষনা মী পুম্নমক্কী মমাংদা থোইদোক্না মিংচৎ থিরবা মহাক সোইদনা পরলোকতদি নরক ভাব শোইদবনি। মরম অসিনা মহাক্কী অপরাধ অসিদা মহাক্কী মচা কন্যা সতী শিবদা মতিক চায়, অদু ওইরবস্তু মহাক্না থামখিদে ॥ ৩০ ॥

সতীগী অসিগুম্বা অঙকপা প্রান থাবসি উরগা জগৎ অসিদা মী পুম্নমক্না মহৈ (২) রা অসি ঙাংনখরে। মতম অসিদা সতীগী অমুচর মনাইশিংনা মথুক্তা খুৎলাই পাইহুনা দক্ষ মাংননবগীদমক থৌরাং কম্না তৌখরে ॥ ৩১ ॥ সতীগী মনাইশিংগা দক্ষ মাংন্নবগীদমক কন্না (২) না

চেনশিনলকখি। অসিবু উরগা ভৃগু মুনিনা যজ্ঞ মাংম্নবা তৌরিবশিং অহুবু মাংম্নবগীদমক মন্ত্র উচ্চারন তৌদুনা দক্ষিনা থ্নিদা আহুত্তি পিখরে ৩২ ॥ যজুর্বেদ মুন্না থংলবা ভুগুনা আহুতি তৌগ্রবদা তপস্যাগী পাঙ্গলনা চন্দ্রলোগ ফংগ্রবা ঋভু কৌবা দেবতা শিশিং মথৌনাগা লোইন্না খুদক অহুমক্তদা থোকলকখ্রে ॥ ৩৩ ॥ ব্রহ্ম তেজনা ঙালবা ঋভুদেবতাশিং অচাকপা মৈগী মতৌগুম মখুত্তা খুংলাই পাইদুনা সতীগী অম্নবর অহান্বগী শরুক অহু হাংতোক্তে হায়না হৌগংলকখরে, মখোয় পুম্নমক অহু মায়কৈ খংদবমখৈ চেপ্রে মান (২) না থোকপা ॥ ৩৪ ॥

ঙমখৈ লৈতবা তেজ মঙাল্লা তিম্বী শক্তি কয়া লৈবী সতী দেবীনা পিতা দক্ষগী মফমদা অসিগুম্বা মতিক চায়বা চৈহৎপগী রাঙাং অসি তৌরগা রা অমত্তা ঙাংদনা মমাই অরাং ওন্দুনা ফমগ্রে অমসুং সনা ফিগেনা হকচাং পুম্নমক কুপশিল্লগা, আচমন তৌদুনা আসন্দা ফমলগা প্রনায়াম্না চিংবা তৌরগা যোগগী ওষ্টবা নিয়ম তৌরগা দেহদা লৈবা হুংশিংনা নিয়মগী মতুং ইম্না তপ্পা (২) পুথৎলকলগা পিশুম ২ গী মরক্তা মফম চানা থমখরে। মতম অসিদা পুক্লিং লোংদনা হে অগ্নিদেব। কলবা মৈমাক্তা ঐগী দেহ অসি লৌবিয়ু হায়বা ভাব অসিনা শরীর পুম্নমক নিজপতি মহাদেবগী চরন্দা লেংদনা থমখরে। য়েংল (২) দুনা মরৈ শাংনা তিংথোকলবা মৈ অদুনা সতীগী মশা শিন থুংনা ধক্ ধক্ হায়বা রানৈ মখোয়া কম্না চাক্খরে ১মসুং সতীনা দক্ষপ্রাজপতিগী যজ্ঞগী পুর্নাহুতি হাইওরে। অসিগুম্বা অঙকপা ঘটনা অসি থাঙ্গৈমক শেংনা মাইকৈ মরিদা মী লাইনচিংবা পুম্নমক হা হা কার লাওনখরে ১মসুং মায়কৈ সিন থুংনা ঙাংনখরে। অরাবনি অরাবনি। পুম্নমক মাংলে, ত্রিলোগপুজ্য শঙ্কর পত্নি সতী দেবীনা প্রজাপতি দক্ষবু শাওবদগী প্রান ত্যাগ তৌখ্রে। অচৎ চত্ত লৈরিবা জগৎকী প্রজা পুম্নমক প্রজাপতিশিংগী মফমদা লৈরিবা ঙাকনি, অসিগুম্বা দক্ষগী ফত্রবা ব্যাবহার অসিদি ওস্থোকনি। ওস্থোকপনি শিবগী য়েক্লবা মীগী থম্মোই শোকহম্বা দক্ষ! নহাক্কী

অপরাধনা মফম অনিদা কন্যা সতী অসি মথাই থাখ্রে, মসিদা মহাক্না মহু থিংনবা করিগুম্বা অমা তৌখিদে। মহাকী মিংচং ফত্তবা অসি মতম কুইনা মী পুম্নমক্না ভাংনরগনি। জগৎ অসিদা অসিগুম্বা অরাবা অসি থোক্‌লোইদবনি। হায়রিবা অসি সতীগী মনাইশিংনা খুংলাই পাইহুনা দক্ষ মাংহনবগীদমক চেনশিনখ্রে। মসি উবহুনা মহার্ষি ভৃগুনা যজ্ঞ ভাক্নবগী আহুত্তি পিখরে, মসিদা ঋভু কৌবা ঋষিনা তেজ্জগা লোইনবা মশিং থংদবা দেবতাশিং পুথোকখরে। ব্রহ্ম তেজ লৈরবা মুপাঙ্গল কল্লবা দেবতা পুম্নমক্না অচাকপা মৈগী মতৌগুম শিংবু চাকথেকপা সতীগী অনুচরশিংবু অরাবা পীখ্রে, মতৌ অসুম্না প্রজাপতি দক্ষগী যজ্ঞ অমসুং মহাকী থরাই ভাক সেনখ্রে॥ ২৪—৩৪॥

মতাং অসিদা সতীগী অয়োইবা ৮শুবা স্কন্ধগী ৪শুবা অধ্যায় লোইরে।

—)□(—

# সাবিত্রী চতুর্দ্দশী ব্রত

জৈষ্ঠেমাসি চতুর্দ্দশ্যাং সাবিত্রী ব্রতমুত্তমম।
অবৈধব্যায় কুর্ব্বন্তি স্ত্রিয়া শ্রদ্ধাসমন্বিতা:॥ — রাজা মার্কণ্ডে।

ব্রতবিধি। — বৈশাখমাসগী (হাইবদি শজিবু থাগী) পুর্ণিমাগী মতুং শিথরকপা কৃষ্ণা চতুর্দ্দশী ঌুমিৎ অসিবু সাবিত্রী চতুর্দ্দশী হায়না খংনরিবনি। হায়রিবা তিথি অসিদা অবৈধ কামনায়— (হায়বদি ঌুপী ওইবিশিংনা বিধবা ওইদনবগীদমক) শজিভুগী শিথরকপা কৃষ্ণা চতুর্দ্দশীবু য়াম্না কন্না চেকসিন্না ব্রত অসি চহী থুদিংগী ওইনা পালন অসি তৌনরিবনি ঈকাই খুম্নরিবনি। হায়রিবা মতম অসিদা ঌুপী ওই-বীশিংনা চহী ১৪ (তরামরি) চুপ্না পালন অসি তৌগনি।

পূজাগী মরমদি। - নোংমগী তৌগদোবা কৃত্যনিত্য ক্রিয়া লোই-রবা পুরোহিতনা ফম্নগা ব্রত কারিনী অদুবু আচমন্নাচিংবা তৌহল্লবা মতুংদা স্বাস্তিবাচন্নচিংবা তৌহল্লগা সাঙ্কল্প অসি তৌহনগনি। যথা —

"বিষ্ণুর্নমোঽদ্য জৈ্যষ্ঠে মসি কৃষ্ণেপক্ষে চতুর্দ্দশ্যান্তিথারভ্য চতু-র্দ্দর্শবর্ষপর্য্যন্তং প্রতিবর্ষীয় জৈ্যষ্ঠ কৃষ্ণাচর্দ্দশ্যাং (অদ্যারভ্য চতুর্দ্দর্শবর্ষ পর্য্যন্তং) অমুক গোত্রা শ্রী অমুকী দেবী সর্ব্বাপচ্ছান্তি পুর্ব্বকা বৈধব্য কামা যথোক্তাবিধিনা সাবিত্রী ব্রত মহং করিষ্যে"।

অসিগী মতুংদা পুরোহিতনা সঙ্কল্পসুক্ত পাঠ তৌরগা মচু মন্তান লৈতেং ওইবা সর্ব্বতোভদ্র মণ্ডল য়েক্লগা, ঘটস্থাপন অমসুং বটবৃক্ষ শাখা

অমা য়ুংলগা অতুদা "লং" অমনা ১৪ য়ক হন্না য়েংকনি। আসন শুদ্ধি সামান্যার্ঘ স্থাপন তৌবা ভুতশুকি, মাতৃকান্যাসনচিংবা কার্য্য তৌগনি গনেশ শিবনচিংবা পঞ্চ দেবতা পূজা আদিত্যাদি নবগ্রহ, ইন্দনচিংবা মারকৈ ভাকপা দেবতাশিং ১স্নুং মৎস্যাদি দশবতারবুসু পুজা তৌগনি।

অসিগী মতুংদা অমুক ষষ্ঠী দেবী ধ্যান তৌবা "ওঁ ষষ্ঠী দেব্যৈঃ নমঃ" হায়তুন গন্ধ পুষ্প লৈনা পুজা অসি তৌরগা "জয়দেবিজন্মত জগদানন্দকারিনী" অসিনা খুরুমগনি। মথংদা "সাংহৃদয়ায় নমঃ" হায়রিসিনা মথং (২) করন্যাস অমসুং অঙ্গন্যাস তৌরগা কুর্ম্মমুদ্রাদা লৈ-চন্দন পাইদুনা সাবিত্রীবু নিংশিংগনি ধ্যান তৌগনি। ধ্যান যথা।—

"ওঁ সাবিত্রীং দ্বিভুজাং পদ্মাসনস্থাং হংসবাহনাং। শুদ্ধ স্ফটিকশঙ্কাশাং দিব্যাভরন ভুষিতং। পক্কবিম্বা ধরোস্তীঞ্চ পুর্ণচন্দ্র নিভাননাং ললাট তিলকোপেতাং মধ্যাক্ষীনা মহংভজে"। অসি হায়না ধ্যান তৌগনি।

অদুগা ধ্যান তৌরগা খুত্তা লৈবা লৈ অদু কোক্কা হাপকনি, মথংদা মানসোপচারনা পুজা তৌরগা, তোঙাম্বা অর্ঘ্য অমা শেম্নগা পীঠ পুজা তৌগনি মতুদি "জ্ঞানায় নমঃ" হায়রগা মথং মথং অজ্ঞানায় নমঃ বৈরাজ্ঞায় নমঃ অবৈরাজ্ঞায়, ঐশ্বর্য্যায়, অনৈশ্বর্য্যায়, আধার শক্তয়ে, অনন্তায়, কুর্ম্মায়, সুর্য্য মণ্ডলায় দ্বাদশকলাত্মনে, সোমমণ্ডলায়, যোড়শ-কলাত্মনে, বহ্নিমণ্ডলায়, দশকলাত্মনে, বায়ুমণ্ডলায়, মহাদেবায়, বিষ্ণবে, ব্রহ্মনেঃ দুর্গায়ৈ, লক্ষ্মৈ, সরস্বত্যৈ, ব্রহ্মান্যৈ গঙ্গায়ৈ, যমুনায়ৈ, বাসুদেবায় সংকর্ষনায়, অনিরুদ্ধায়, নন্দ্যৈ নাগায়, সর্পগনেভ্যঃ ইন্দ্রাদিলোকপালেভ্যঃ একাদশরুদ্রেভ্যঃ আদিত্যাদিনবগ্রহেভ্যঃ একাদশরুদ্রেভ্যঃ ইন্দ্রাদিদশদিগপালেভ্যঃ দ্বাদশাদিতেভ্যঃ দ্বাদশকেশবেভ্যঃ, স্বর্গস্থদেবতাভ্যঃ মর্ত্যস্থদেবতাভ্য, পাতালস্থদেবতাভ্যঃ, সর্ব্বেভ্যোদেবেভ্যঃ সর্ব্বাভ্যা দেবীভ্যঃ অসিগী মতুংদা অমুক ধ্যান তৌবা ১স্নুং আবাহনচিংবা তৌরগা "ওঁ সাবিত্র্যৈ নমঃ" মন্ত্র অসিনা ষোড়শোপচারনা সাবিত্রীবু পুজা তৌগনি স্তুতি পাঠনচিংবা তৌবা ১মদি খুরুম্বা অসিনি।

স্তুতি-- "ওঁ দেবাসুর মনুষ্যানাং পূজাময়াবিধানতঃ। পতিব্রতে মহাভাগে বন্দিতেচ শুচিস্মিতে॥ অবৈধব্যঞ্চ সৌভাগ্যং দেহিত্বং মমসু- ব্রতে। পুত্রং পৌত্রঞ্চ মোক্ষঞ্চ দেহি দেহি সদ্যঃ নমোস্তুতে॥ সাবিত্রী ব্রহ্মগায়ত্রী সত্যবাক প্রিয়ভাষিনি। তেন সত্যেন মাংত্রাহি সদ্যঃ সংসারসাগরাৎ। দৃঢ় ব্রতে দৃঢ় মতে ভর্ত্তৃশ্চ প্রিয়ভাষিনি অবৈধব্যঞ্চ সৌ- ভাগ্যং দেহিত্বং মম সুব্রতে॥ গৌরীত্বংহি শচীত্বংহি ত্বং প্রভাচন্দ্রমণ্ডলে। ত্বমেব জগতাং মাতা ত্বংমাং পাহি বরাননে। ত্রিসন্ধ্যং সর্ব্বভূতানাং বন্দনীয়াসি সুব্রতে। ময়া দত্তামিমাং পূজাং গৃহান ত্বং নমোহস্তুতে॥ যন্ময়াদুস্কৃতং কিঞ্চিৎ কৃতং জন্মশতৈরপি। ভস্মীভবতু তৎসর্ব্বমবৈ ধব্যঞ্চদোহমে।।

অসিগী মতুং যমরাজগী ধ্যান তৌবা।—

যমঞ্চ কৃষ্ণবর্ণাভং দ্বিভুজং রক্তলোচনং।

দক্ষে দণ্ডধরং বামহস্তে পাশধরং বিভুং। দংষ্ট্রাকরাল বদনং দেবং মহি- ষবাহনং। মহাকায়ং ধর্ম্মরাজং বিষ্ণুভক্তজন প্রিয়ম" অসুম্মা ধ্যান তৌরগা "ওঁ যমায় নমঃ" মন্ত্র অসিনা যমরাজবু পুজা তৌগনি ১সুং খুরুমগনি

যথা।— ওঁ সূর্য্যপুত্রজগন্নাথ সর্ব্বপ্রানেশ্বর প্রভো।

প্রসাদাত্তব দেবেশ দীর্ঘায়ুরস্তু মে পতিঃ।।"

"ওঁ উর্নায়ৈ নমঃ" মন্ত্র অসিনা যম পাত্নীবু পুজা তৌরগা মথংদা ওঁ পাশালগুড়াদ্যস্ত্রেভ্যো নমঃ" অসি হাইহুনা পুজা তৌরগনি।

অসিগী মথংদা মত্যবান পুজা তৌগনি মথং ধ্যান যথা—

ওঁ সত্যবন্তং রাজপুত্রং রাজলক্ষন মংযুতং। পুর্নচন্দ্রাননং গৌরং সর্ব্বা ভরনভূষিতং" অসুম্মা ধান তৌরগা মানসোপচারনা পুজা তৌগনি মথং দা তোঙাম্বা অর্ঘ্য অমা কৎলবা মতুংদা অমুক হুন্না ধ্যান মথকী মন্ত্র অসিমকনা মথংদা "সত্যবতে নমঃ" হায়বা মসিনা সোড়ষোপচারনা সত্যবানবু পুজা অমসুং নমস্কার তৌবা অসিনি ষোড়সোপচার্দা আসনং স্বাগতং পাদ্যং অর্ঘং আচমনং মধুর্পক আচমং বসন সুগন্ধ সুমন ধুপ দীপ নৈবেদ্য তাবুশ রাস রচনাম ইবিবশিং অসি মথকী মন্ত্রনা কৎকনি।

মথংদা বট বৃক্ষ অন্থ স্নান তৌরগা খুৎনা পায়গনি হায়গনি মন্ত্র অসি বথা,—" ওঁ বতোহসি বৃক্ষ নামস্তং খ্যাতো হরি হরাত্মকঃ। পৃথিব্যাসবতী থৌহনি নমস্যামি গুরেশ্বর॥" মথংদা "বট বৃক্ষায় নমঃ" হায়রগা ঈশিং-লৈ-চন্দন অসিনা মরম ওইছুমা বট বৃক্ষবু পূজা তৌরগা মথাগী মন্ত্র অসিনা খুৎ লোমছুনা হায়জগনি প্রর্থনা যথা।—ওঁ বটোহসি ত্বং রুদ্ররূপ জগধিস্তারক প্রভো। ভবন্তু ত্বৎপ্রসাদেন শতং বর্ষানি জবতু॥ ওঁ বট বৃক্ষ তরুশ্রেষ্ঠ সর্ব্বদেবাত্মকো প্রভু। ভবতু ত্বৎপ্রসাদেন ব্রতং হি সকলমম"॥ মথংদা "ওঁ বট বৃক্ষ মহাভাগ জগন্নিস্তারক প্রভো পৃথিব্যাসমতীর্নোহসি নমস্যামি সুরেশ্বর"॥ অসি হায়ছুনা খুরুমজগনি।

অসিগী মতুংদদি অশ্বপতি, দ্যুমৎসেন, শৈব্যা মালবী গৌরী, শচী, রুক্মিণী, অমসুং দ্রৌপদী পুন্নমকপু পূজা তৌরগা ব্রত করিণীনা মরম ওইছুনা স্বামী পূজা তৌগনি। মথংদা ব্রতী অছুনা মনেম-মকু (শাশুরশ্বাশুর) বুধনীনচিংবা বাদান তৌবা পূজা তৌবা, অহাও-অথুম কয়ানা পেনছনবা অমসুং মথংদা মথাগী রাত্রী অসি তাগনি পুক্লিং চংনা।

— — — —



# সাবিত্রী চতুর্দ্দশী ব্রত কথা

বনবাস গতো রাজা ধর্ম্ম পুত্রো যুধিষ্ঠির:।
ভ্রাতৃভিঃ সহিত: সর্ব্বৈ দ্রৌপদ্যাচ সমন্বিত।। ১
মার্কণ্ডেয়ং মহাত্মানং মুনিং ধর্ম্মভৃত্যং বরং।
পপ্রচ্ছ রাজা শার্দ্দূলো বিনযাবনত: স্থিত:।। ২

শম্নপ্পা অর্থ;—ধর্ম্মগী মচা রাজা যুধিষ্ঠীরনা ময়াম্বা মনাওশিংগা লোইননা অমদি দ্রৌপদিগস্থ লোইননা বনবাস তৌরিবা নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা পুকচেন ফজরবা তপ্পবা মার্কণ্ডেয় মুণিগী মফম্দা য়াম্না নোলুকপা ইকাই খুম্নবগা লোইননা মথাগী রাশিং অসি হংজখি। ১ ২।

## যুধিষ্ঠির উবাচ. -

ভগবান! দীর্ঘজিবীত্বং দৃষ্টলোক পরাবর:
দৃষ্টা পূর্ব্বং ত্বয়াকাচিৎ দেবং পতিব্রতা।। ৩
স্বয়ং প্রাপ্য মহৎকষ্টং ভর্ত্তুউদ্ধার করিণী।
যথৈবং দ্রৌপদী কৃষ্ণা তন্ন. সংশিতুমর্হসি।। ৪

শম্নপ্পা অর্থ:—

হে ভগবান! ত্বং নহাক অসে, দীর্ঘজিবীনি পুন্সি শাংবনি, সর্ব্বলোক পরাবর; লোক পুম্নমক অসিগী অফ-ফত্তু অথোই-অহেন পুম্নমক থংবনি, ত্বয়া=ইবুংঙো নহাক্না, কাচিৎ= কনাগুম্বী, কচিৎ দেবং= কনাগুম্বা লাই অমবু, পতিব্রত্তা ওইবী কনাগুম্বী অমনা মহৎ-কষ্টং, থোইনা অরাবা তারবা, ভর্ত্তু উদ্ধার করিণী, অদুগুম্বা ভর্ত্তু অমবু উদ্ধার তৌনিংবদগী, স্বয়ং প্রাপ্য, অদুগুম্বা মশামক ফংলবা, যথৈব অদুগুম্বা, কৃষ্ণা দ্রৌপদীনা তৌখিবা পুম্নমক অদু, হে ভগবান!

তং= পুম্নমক অহু ন;=ঐখোয় পুম্নমক্কী মফমদা, সংসিতু মহ্‌সি=হায়বিগবদা মতিক চাই খংহনবিয়ু।। ৩—৪ ।।

ত্রবমুক্তো নৃপেনাথ মার্কণ্ডেয়ো মহাতপাঃ।
কথাং সকথয়ামাস ধর্ম্ম রাজায় ধীমতে।। ৫

শম্নপ্পা অর্থঃ—অথ=অসিগী মতুংদা, ত্রবমুক্তো নৃপেন=অস্নুম্না হাইরবদা নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা, মার্কণ্ডেয়মহাতপাঃ= তপস্যা তৌবদা খং হৈরবা মুণি মার্কণ্ডেয়না, ধর্ম্মরাজায় ধীমতে=পুকচেন তপ্নবা ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরগীদমক, কথাং=মথাদা লাকদৌরিবা ৱা অসি, কথয়াম্যাস=হাইখিবনি। ৫ ।।

মার্কণ্ডেয় উবাচ;—

মদ্রদেশ মহারাজ বভুবাশ্বপতি র্নৃপঃ।
বহ্মণ্য শীল সম্পন্নঃ প্রজাপালন তৎ পরঃ।। ৬
অভুতস্য মহাদেবী মানবী নাম সুন্দরী।
পতিব্রতা মহাভাগা শীলাচারন সমন্বিতা।। ৭

শম্নপ্পা অর্থঃ—ব্রহ্মন্য শীল, শীল সম্পন্নঃ—ব্রহ্মজ্ঞান মপুংফারবা, প্রজাপালনতৎপরঃ—প্রজাপালন তৌবা ঙাক শেনবদা পুক্নিং চংবা, অশ্বপতির্নৃপঃ=অশ্বপতি কৌবা, মহারাজ=নিংথৌরেন অমা পানখি ॥৬॥ মহাভাগা=মরাইবক ফরবা, পতিব্রতা=পুকচেন তিংবী, শীলাচার সমন্বিতা=স্বভাব য়াম্না ফজবী, সুন্দরী= নিংখিজরবী, নাম=মমিংনা, মহাদেবী=কৌবী কন্যা অমা অভুং=ওইখি লৈখি ৬॥৭॥

অনপত্যঃ সরাজর্ষিঃ সাবিত্রীং সমপূজযেৎ।
ষষ্ঠে ষষ্ঠে তদাকালে বভুব মিত ভোজন॥ ৮
এতেন নিয়মেনাসীদ্বর্ষানিচ চতুর্দ্দশ।
সাবিত্র্যৈ হুতাগ্নিং পুত্রকামো মহামনা।। ৯

শম্নপ্পা অর্থঃ—সরাজর্ষিঃ=অহুগুম্বা নিংথৌ অসি, অনপত্য=মচা পোক্তে মরম অসিদগী, তদাকালে=মতম লৈবা খিবিক্তা, মিতভোজন=

চাবা মতমদা, চাং নাইনা, এতেমনিয়মেন=অসিগুম্বা নিয়ম অসিনা মহামনা—পুকচেন চাওরবা নিংথৌ অসিনা. পুত্রকামো—মচা পামথুনা সাবিত্র্যৈ—সাবিত্রিগীদমক্তা, হুত্বাগ্নিং—হোম যাগজজ্ঞ তৌথুনা, চতুর্দ্দশ বর্ষানি—চহি ১৪ চুপ্পা মচা অমা ফংনবা তপস্যা তৌখিবনি ৮।। ৯।।

অথাগ্নিহোত্রে সাবিত্রী তস্যপ্রত্যক্ষতাং গতা।
বরংদদৌ নৃপায়াথো কন্যাতব ভবিষ্যতি ॥ ১০
বংশস্থিতিকারী দুঃখং নকর্ত্তব্যম্ ত্বয়ানঘ।
ইত্যুক্ত্বান্তর্দ্ধধে দেবী সাবিত্রী নৃপ সত্তম্।। ১১

শম্নপ্পা অর্থঃ—অথ—অসিগী মতুংদা=অগ্নিহোত্রে—অহুগুম্বা হোমঃ কুণ্ড অহুদগী, তস্য—অহুগুম্বা নিংথৌ অহুগী প্রত্যক্ষতাং—মাংমক্তদা, সাবিত্রী—সাবিত্রিনা লেপ্পরে, অথ—অহুগী মতুংদা, নৃপায়—নিংথৌগী-দমক্তা, বরংদদৌ—বর অমা থিখরে, তব—নহাক্তী, কন্যা—নচা নুপী অমা, ভবিষ্যতি—পোকললগনি, বংশস্থিতিকারি—বংশ অসি চাওখৎ-লগনি, দুঃখংনকর্ত্তব্যম্—অরাবনু দৈরবোই মরম অসিদগী, হে অনঘ! হে পাপ চেন্দবা পাপকী শরুক য়াওদবা! হে নৃপসত্তম! নিংথৌ অথোইবা! ইত্যুক্ত্বা—রা অসি হায়রগা, দেবী—দেবীনা, অন্তর্দ্ধধে—অন্তর্ধান ওইখরে মাংখরে।। ১০ ১১

অথ সা মালবী রাজ্ঞো মহিষ্যশ্বপতে র্নৃপ।
প্রসুত কন্যাং সংযুক্তাং লক্ষনৈ লোক সুন্দরীং।। ১২
সাবিত্র্যাথবরদানেন যস্মা জাতেয়মুত্তসম
সাবিত্রীতি ততস্তস্যা নামচক্রে পিতা নৃপ।। ১৩

শম্নপ্পা অর্থঃ—অথ—অসিগী তুংদা, রাজ্ঞ মহিষ্যশ্বপতে র্নৃপ—নিংথৌ অশ্বপতিগী, মহিষ্যা—রানি, মালবি—মালবিনা, লক্ষনৈ—অয়াম্বা লক্ষনতিম্বা, লোক সুন্দরীং লক্ষনৈঃ—লোক অসিগী অয়াম্বা লক্ষন। তিন্নবী, সুন্দরীং—থোইবা ফজরবী লক্ষনা কয়ানমু তিন্নবি, কন্যাং—মচানুপী অমা। প্রসুত—পোকখ্রে।। ১২।।

শম্নপ্পা অর্থ।— সাবিত্র্যা বরদানেন=সাবিত্রীনা বর পীখিবা অহুনা মরম ওইহুনা, যস্মাৎ=মরম অহুদগী, উত্তমা=অথোইবী মুপী অমা জায়েত=পোকথ্রে, তত=অসিগী মতুংদা তস্যা—মহাক্কী নাম=মমিং পিতা নৃপ=মপা ওইবা নিংথৌ অহুনা, সাবিত্রী অসি হায়না কৌখি ১২ – ১৩

অথ সা রাজভবনে ববৃথেলক্ষনান্বিত্তা।
অতীত শৈশবা রাজন বভুবা ম্ভুত দর্শনা। ১৪
নচ তাং বরয়ামাস কশ্চিদাগত্য ভূমিপ:।
রাজাচ চিন্তয়াবিষ্টো দুহিতু র্ব্বরকারনাৎ।। ১৫

শম্নপ্পা অর্থ।— অথ=অসিগী মতুংদা সাবিত্রীনা, রাজভবনে= রাজভবন অহুদা কোন্নুং অহুদা, লক্ষনান্বিত্তা=অয়াম্বা লক্ষন হায়বদি মশক মতৌ ফজবনা তিনবী ওইনা, ববৃথে=চাওখি নোই পেনখিবনি অদ্ভুতদর্শনা=য়েংবদা উবদা অঙকপা ওইখি হেরাজন! অতীত শৈশবা অঙাং ওইবগী অবস্থা ফিবম অহু লৈখিদ্রে হোথ্রে।। ১৪।। কশ্চিৎ =কনাগুম্বা অমা আগত্য=লাক্লগা, তাং=অহুগুম্বী সাবিত্রীবু নচবর য়ামাস=বরগী হায়বদি মহাকপু সাত্রীবু হায়রখিবনি, রাজাচ=নিংথৌ অহুনসু—চিন্তয়াম্নাম—থনখি দুহিতু:—মচানুপী অহুগী বরকারনাৎ— কনা- গুম্বা বর অমগীদমক হায়রবা তৌখিদে।। ১৪।। ১৫।।

রাজোবাচ।—সাবিত্রী: শৃনু মদ্বাক্যং বরং বরয় সুব্রতে।
স্বদেশে পরদেশেবা বংশজং গুন শালিনং।। ১৬
অথ সা পিতুরাজ্ঞাতো রথমারুহ্য শোভনং।
যযৌ তপোবনং রম্যং বৃদ্ধামাত্যৈরধিষ্ঠিতা।। ১৭

শম্নপ্পা অর্থ।— সাবিত্রি! সুব্রতে! হে নিংথিজবী! শৃনু— মুম্না তারো, মদ্বাক্যং—ঐগী রা অসি, বরং বরয়—মতিকচাবা বর অমা থিরুরো, স্বদেশ=ঐগী ইরৈপাক অসিদা নত্রগা পরদেশেবা—অতোপ্পা দেশতগী ওইরবসু, বংশজং—অফবা শাগৈদা পোকপা, গুণ শালিনং—

থোইদোকপা মগুণ লৈবা, অথ—অসিগী মতুংদা, স,-সাবিত্রিনা, পিতু-রাজ্জাতো—পিতৃগী য়াথং ফংলহুনা, বৃদ্ধমাত্যৈরধিষ্ঠিতা—অহল ওইরবা মন্ত্রিশিংগা লোয়ননা, রথমারুহ্য—নিংথিজবা রথ অহুদা তোংলহুনা, তপোবনং—বন-উপবন কয়াবু য়েংগে হায়হুনা, যবৌ কোইনা চৎখরে ।। ১৬-১৭ ।।

তপোবনানি রম্যাণি সা বভ্রাম মনোহরা।
নানা তপস্বিস্তত্র দদর্শ বিপুলেক্ষনা ।। ১৮
বানপ্রস্থান বহুবিধান রাজর্ষীন সংশিতব্রতান।
নানাতপস্বি সংযুক্তানপশ্যদ্বিনয়াণ্বিতা ।। ১৯

শম্নপ্পা অর্থঃ—সা - অহুগুম্বী সাবিত্রীনা, মনোরমা - পুক্লিং হুনা ফজবা, রম্যানি—নিংথিজরবা, তপোবনানি—তপোবন কয়া নানা তপস্বিঃ—মখল-মখা অয়াম্বা লাই নিংবা, বিপুলেক্ষনা—য়াম্না পাক-সন্না, দদর্শ—উথি, বানপ্রস্থান - বন্দা লৈবা, বহুবিধান—মখল-মখা অয়াম্বা, রাজর্ষীনঃ—রাজর্ষীশিং, সংশিতব্রতান—ব্রত তৌবদা পুক্লিং চংলবা, নানাতপস্বিসং-যুক্তান—মখল-মখা অয়াম্বা তপস্বিশিংনা তিনবা, বিনয়াম্বিতা—য়াম্না নোলুকপা সাধু ওইবা কয়ামগু মফম অহুমগুদা, অপশ্যৎ—উথিবনি ।। ১৮—১৯ ॥

ততঃ শাম্বপতেঃ পুত্রংদ্যুমৎসেনস্য ভুপতে।
মনসা বরয়ামাস সত্যবন্তংস্বকং পতিং ॥ ২০
অথাজগাম নগরং সা পিতুঃ প্রীতিবর্দ্ধনী।
তস্মিন কালেঽথবা শ্বপতে নারদেন সমাগম ॥ ২১

শম্নপ্পা অর্থ.—ততঃ — অসিগী মতুংদা শাম্বপতেঃ— শাম্বদেশকী, ভুপতে—লৈপাকমপু, দ্যুমৎসেনস্য - নিংথৌ দ্যুমৎসেনগী, পুত্রং—মচা, সত্যবন্তং—সত্যবানবু, স্বকংপতিং—মশাগী মপুরোইবা, ওইনা, মনসা—মপুক্লিং চংনা, বরয়ামাস—খল্লিজখরে ॥ ২০ ॥ অথ—অহুগী মতুংদদি সা—সাবিত্রীনা, পিতুঃ প্রীতিবর্দ্ধনী—মপাগী পেননবা তৌরিবী সাবিত্রীনা

নগরং=অশ্বপতিগী কোম্লংদা, আজগাম=লাকখল্লে, হল্লকখল্লে; তস্মিন-কালে=হায়রিবা মতম অসিমক্তদা, অশ্বপতেঃ নিংথৌ অশ্বপতিগী কোম্লং অতুদা, নারদেন=ঋষি মুনি নারদনা, সমাগতা=হেক লাকখিবনি থুংলখিবনি ২০-২১ ॥

অথ তং পরিপ্রপচ্ছ দেবর্ষিনারদো নৃপং।
কেয়ংকুত্র গতবতী তমথ প্রাবদন্নৃপঃ ॥ ২২
দেবর্ষে মমকন্যেয়ং সাবিত্রী নামতঃ শ্রুতা।
ময়ৈবানুজ্ঞয়া যাতা তপোবন মনিন্দিতা ॥ ২৩

শব্দপ্পা অর্থঃ-- অথ—অতুগী মতুংদা, দেবর্ষেনারদো= দেবর্ষি নারদনা, তংনৃপং=নিংথৌগী মফমদা, পরিপ্রপচ্ছ=মরি-মখোং থংনিংহুনা হংখি, কেয়ং=কনানো, কুত্র=কদাইদগীনো, গতবতী=চৎলিবী অসে, নৃপঃ=অশ্বতিনা=প্রাবদৎ=পাওখুম পিখি ॥২২॥ দেবর্ষে=হে ঋষিবর! ইয়ং—মসে, মমকন্যে=ঐগী ইচানুপীনি· নামতঃ=মমিংনা, সাবিত্রী= সাবিত্রী কৌই, শ্রুতা=তাবিয়ু, ময়ৈবানুজ্ঞয়া=ঐনা হায়বগী মতুংইন্না, অনিন্দিতা=নিন্দা তৌনিংঙাই লৈত্রবা তপবন্দা, যাতা=চৎখিবনে ॥ ২২-২৩

স্বয়ংবরং বরয়িতুং তদাস্যাঃ শ্রূয়তাংবরঃ।
এতয়া যোঽভিলষিতঃ স কঃ কীদৃকগুণাশ্রয়ঃ ॥ ২৪
অথ সা নারদেনোক্তা মনোঽভিলষিতং বরং।
কথয়ামাস মুনয়ে পিত্রেচ বিনয়ান্বিতা ॥ ২৫

শব্দপ্পা অর্থং—তদা=মতম অতুদা, অস্যাঃ—সাবিত্রীনা, স্বয়ংবরং মহাক মশাগী অপাম্বা বরয়িতুং হায়খি, বরঃ শ্রূয়তাং—তাবিয়ো; স কঃ— মহু কনানো? কীদৃকগুনাশ্রয়ঃ—মতিক মগুন্না কয়া য়াম্না লৈবনো? এতয়া যোঽভিলষিতঃ—মহাক্না পামলুব্রিবা মী অহু মগুন্না কন্নিনো? অথ—অসিগী মতুংদা· সা—সাবিত্রীনা মনোঽভিলষিতং বরং=পুক্লিংগী অপাম্বা বর অহু মুনয়ে—নারদ মুনিগীদমক অমসুং, পিত্রেচ—মপা অশ্বপিগী-দমক, বিনয়ান্বিতাচ য়াম্না ইকাই খুম্নবগা লোইননা কথয়ামাস— হায়জখল্লে পাওতমজখল্লে ॥ ২৪-২৫ ॥

সাবিত্রী উবাচঃ—

আসীচ্ছল্বেষু ধর্ম্মাত্মা দ্যুমৎসেনাহ্বয়োন্‌ৃপঃ।
নিজস্থানাওতো রাজা ভূমিপালৈঃ পরাজিতঃ।। ২৬
বনংজগামানুগতঃ পত্ন্যাবাল সুতেনচ।
তপস্যাভিরতস্যার্থ তস্য পুত্রো গুণাকরঃ।।২৭

শমপ্পা অর্থঃ—শাল্বেষু=শাল্বদেশ কৌবা মফম অমদা, ধর্ম্মাত্মা= ধর্ম্মদা পুক্নিং চংবা, দ্যুমৎসেনহ্বয়ো=দ্যুমৎসেন মিং অসি কৌবা, নৃপ—নিংথৌ অমা, ভূমিপালৈঃ=লৈপাক ঙাকপা, রাজা=নিংথৌ অসিনা, ততো=অদুগী মতুংদা, নিজস্থানাৎ=পরাজিত=য়েক্লবনা থুদুম চমখিদুনা মাইথিবা ফংলদুনা, পত্ন্যা—রানিগা, বালসুতেনা অঙাং ওই-রিবা মচাদুগা লোয়ননা মতুং ইন্দুনা, বনজগাম=বন্দা চৎথবা, তপস্যা-ভিরতস্যার্থ=তপস্যা তৌবদা পুক্নিং য়াম্না চংবা, তস্য পুত্র=মহাক্কী মচা, গুণাকরঃ=গুণকয়ান সুতিনবনি।। ২৬·২৭।।

সত্যবান্নাম দেবর্ষে মনসা সবৃতো ময়া।
এবমুক্তাস্তয়া পুত্র্যা রাজাপ্রাহচ নারদং।। ২৮

রাজোবাচ—

ভগবন! কীদৃশো রাজপুত্রো বাসৌবৃতোহনয়া।
কেগুণাস্তত্র বাসন্তি কেদোষাশ্চ মহামুনে।। ২৯

শমপ্পা অর্থ=দেবর্ষে=হে দেবর্ষি! সত্যবান্নাম=সত্যবান কৌবা, স=অদুগুম্বা মী অদুদা, ময়া=ঐনা, বৃত্তঃ=বরিথ্রবনি, এবমুক্তস্তয়া= অসি হায়দুনা, পুত্র্যা=মচা ওইবী সাবিত্রীনা, নারদং দেবর্ষিনারদপী মফমদা, রাজাচ=নিংথৌ অশ্বপিগী মফমদসু এবমুক্ত=অসুম হায়রবদা, রাজোবাচ=অশ্বপতিনা হায়খিবনি মহামুনে! হে দেবর্ষী! হে ভগবন কীদৃশোরাজ পুত্র=করম্বা নিংথৌগীমচানো, বাসৌবৃত্তোহনয়া=মহাক্না বরন তৌক্লিবদো, তত্র মতোন্দুদা, কেগুণা=গুন কয়া লৈবা, কেদো-ষাশ্চ=দোষনা করি করম লৈরিবনো॥২৮ - ২৯॥

এবংসর্ব্বমশেষেন কথয়স্ব মুনে মম।
এবমুক্তস্তশ্বপতিং নারদো বাক্যমব্রবীৎ ।। ৩০
মহাত্মা সত্যবান বাগ্মী শীলবান প্রিয়দর্শনঃ ।।
মাতা পিতৃহিতে যুক্তঃ পণ্ডিতঃ শূরসম্মতঃ ।। ৩১ ।।

শয়প্পা অর্থঃ—মুনে ! হে মুণিদেব ! মম—ঐগী মফমদা এবংসর্ব্বং অশেষেন—অমুক চিথদনা লোইনমক, কথয়স্ব—হায়বিয়ু অসুম হায়রবদা, অশ্বপতি—নিংথৌ অশ্বপতিগী মফমদা, নারদো—নারদ মুণিনা, এবমুক্ত—অসুম হায়বা, বাক্যং—রা অসি, অব্রবীৎ—হায়খিবনি ॥৩০॥
সত্যবান—হায়বা নিপা অসি হায়ব্রবা রা অমুক হেংদবা শোইরোইদবা রাতমক ঙাংবা বাগমী—অচুম্বদা হায়বা ঙাংবা, শীলবান—সোভাব য়াম্না ফজবা, প্রিয়দর্শন—য়েংবদা চানবা ওইবা, শূরসম্মত—অথৌবগী মতিক মগুন লৈজব, পণ্ডিত—পণ্ডিত অমা ওইবগী গুণ লৈবা থোইদোক্লা মাতা পিতৃহিতে—পিতা মতাগী ফনবতা তৌবা অচুগুম্বা মীনি। ৩০-৩১ ॥

আচারযুক্তঃ সুমনা সত্যবাদী দৃঢ়ব্রতঃ।
এতেচান্যেচ বহবঃ গুণঃ সত্যবতিপ্রভো ।। ৩২
দোষস্তেকো মহাংস্তত্র গুনানাক্রম্য তিষ্ঠতি।
আদ্যপ্রভৃতি রাজেন্দ্র বর্ষমেকংস, সত্যবান । ৩৩

শয়প্পা অর্থঃ—দৃঢ়ব্রতঃ—ব্রত তৌরবদা তপস্যাদ য়াম্না চেকশিন্না, সত্যবাদী—অচুম্বা রাতমক ঙাংবা, সুমনা পুকচেন য়াম্না ফজবা অমদি য়াম্না লুবা, সত্যবতি—পুকচেন শেংবা, প্রভো—মপু ওইবদা মতিক চাবা, অন্যেচ—অতোপ্পা, এতেবহবগুনাং—অসিদগী অতোপ্পা গুণ কয়া অমসু লৈবা মীনি মাদি। তত্র—হায়রিবা অসিদা, গুণানাক্রম্য...গুণশিং অসি লাকশিন্নগা, দোষস্তেকো মহাংস্তত্র—হায়রিবা গুণশিং অসি লাকশিনবা ভগই মগুণ লৈবনি। স সত্যবান - অসিগুম্বা সত্যবান অসে দোষ অনতুংদি লৈ। অদ্যপ্রভৃতি—ঙসিদগী হৌরদুনা, রাজেন্দ্র – হে নিংথৌ

দোষস্টেকো মহান—অচৌবা হেক লাম্বোকপদা রাগদবা দোষ অমত্তংদি লৈরিএ। ৩২-৩৩।

জীবিষ্যতি ততস্তস্যায়ুস্য হানিমবাপস্যাতি।
তৎ সাবিত্র্যা বিহিতং ভদ্রমেকং কদাচন॥ ৩৪
অন্যং বরং বরয়তু সাবিত্রী নৃপতেঃ সুতং।
এতচ্ছ্রুত্বা তু সাবিত্রী প্রত্যুবাচ শুভাননা॥ ৩৫

শব্দপ্পা অর্থ:—তত: অসিগী মতুংদদি, তস্য—সত্যবানগী, আয়ুঃ—পুন্সি অসি, জিবীষ্যতি—হিংলক্লিবা মতম অসিদগী, হানিমবাপস্যতি—নোংম নোংমগী পুন্সি অসি মন্নেং তারগনি, কদাচন—করিগুম্বদা, তৎ—মসে, সাবিত্র্যা=সাবিত্রীনা, ভদ্রমেকং=মঙ্গল অমদি পুরক্কনি। নৃপতেঃ—নিংথৌগী মচানুপী সাবিত্রীনা; অন্যং বরং—অতোপ্পা বর অমা, বরয়তু—নিহল্লুদনা এতৎ—অসিগুম্বা রা অসি, শ্রুত্বা—তারগা, শুভাননা—মাই-থোং ফজরবী, সাবিত্রী—সাবিত্রীনা, প্রত্যুবাচ—পাওখুম পিখরে॥৩৪-৩৫

দীর্ঘায়ুরথবাল্পায়ু সগুনো নির্গুনোঽপিবা।
সংকৃদংশোনিপতিত সকৃৎকন্যা প্রদীয়তে॥ ৩৬
সকৃদাহুদদাণীতি ত্রীন্যেতানি সতাংসকৃৎ।
মনসানিশ্চয়ং কৃত্বা ততো বাচাভিধীয়তে। ৩৭

শব্দপ্পা অর্থ:—স, অদুগুম্বা নিপা মী অদো, গুনো=মগুণ লৈবসু ওইসনু, অপিবা=অমদি, নির্গুনো=মগুণ লৈতবসু ওইসনু, সকৃদংশো=অমুক্তং, নিপহিত=তাগ্রবা পিগ্রবা, সকৃৎকন্যা=কন্যাবু অমুক্তং, প্রদীয়তে পিথোকগ্রবা, সকৃদাহুদদানিহতি=অমুক্তং য়ানখ্রবা দান তৌথোকগ্রবদা, সতাংসকৃৎ=সাধুশিংগীদি, ত্রীন্যেতানি—২নি অহুমলক অসিদি চংনদবনি। মনসানিশ্চয়ং কৃত্ব—পুক্নিং লেপগ্রবদা, ততঃ অসিগী তুংদদি বাচা—রাঙাং শিংতদো, বাচাভিধীয়তে—পঙাং ঙাংবনি লৌরুবা য়ংত্রবনি রা অদু। ৩৬-৩৭

ক্রিয়তে কর্ম্মনা পশ্চাৎ প্রমানং যে মনস্ততঃ।
নারদেনাথ সাবিত্রী বাক্যৈর্নানা বিধৈঃ শুভৈঃ॥ ৩৮

নিষিধ্য মানাপি ভৃশং ননান্যং বরমন্যত।
নারদোবাচ—স্থিরা বুদ্ধির্নরশ্রেষ্ঠ সাবিত্র্যা দুহিতুস্বর॥ ৩৯

শব্দপ্পা অর্থঃ—তত—অসি তুংদ, যেমন—অদুগুম্না পুক্লিং লেপ্পহুনা, প্রামানং—প্রমান কয়া পিরবা মতুংদা. পশ্চাৎ—অতুগী মতুংদা কর্ম্মনা-ক্রিয়তে—কর্ম্ম তৌরিবনি, অথ—অসিগী মতুংদদি; নারদেন মুণি নারদনা, নানাবিধে—মখল মখা অয়াম্বা, শুভৈঃ—থোইনা নিংথিজরবা, সাহিত্রীগী রাশিং অসিনা, নিষিধ্যমানাপি—ককথৎলবস্থু—নান্যং—অতোপ্পা বর অমা-মুক, অমন্যত—পামথিদরে।। নারদোবাচ—নারদনা হায়খি, সাবিত্র্যা সাবিত্রী কৌরি, দুহিতুস্বর—নংগী মচা মুপী অসে, স্থিরা বুদ্ধি—লেংদ্রবা বুদ্ধীগী রাখল অসিদি, নর শ্রেষ্ঠে—মীওইবগী লেংদ্রবা রাখল লিংজেল্লি। ৩৮—৩৯ ॥

নৈষাবারয়িতুং শক্যাধর্ম্মাদস্মাৎ কথঞ্চ।
নান্যস্মিন পুরুষে শান্তিষেসত্যবতিবৈগুণা.৪০
প্রদানমেব তস্যাম্মে রোচতে দুহিতুস্তব।
মার্কণ্ডেনউবাচঃ—এবমুক্ত্বা খমুৎপত্য নারদস্ত্রিদিবংগত ॥ ৪১

শব্দপ্পা অর্থঃ কথঞ্চ—করিগুম্বা অমনা, অস্মাৎধর্ম্মাৎ—অসিগুম্বা ধর্ম্ম অসিদগী, বারয়িতুং—থামলুগদবা, ন শক্ল্যা—ঙমখিদরবনি সত্যবতি-ফনৈঃ—সত্যবান ওইবা গুণ কয়ানা তিম্বা ওইরবস্থু. অন্যস্মিন অতোপ্পা, পুরুষেশন্তি—অতোপ্পা পুরুষ লৈ কয়ানি, তস্মাৎ—মরম অসিদগী, তবদুহিতুঃ নহাক্কী নচা অসিনা, প্রদান,—অমুক দান তৌবা, নরোচতে পামদ্রবনি, নারদ নারদ মুণিনা, এবদুক্ত,—ব্রা অসি হায়রম্মগা, খমুৎপত্যগত—আকাশতা চংখরে মাংথ্রে উন উনা মতম অদুদা॥ ৪০-৪১

রাজাপিদুহিতুঃ সজ্জং বৈবাহিকমকারয়ং।
অথাস্যানিশ্চয়ং বুদ্ধা স রাজা শ্বপতিস্তদা ৪২
রথামারোপ্য তাংকন্যাং প্রযয়ৌ স পুড়োহিত।
তপোবনং মুনিরাবৃত্তং কৃত সম্ভৃতিঃ॥ ৪৩

শম্লপ্পা অর্থ—রাজাপি—নিংথৌ অশ্বপতিনা, বৈবাহিকং—বিবাহগী সজ্জং—থৌরাং পুম্নমক, অকরোৎ—থৌরাং তৌখরে, তদা—মতম অদুদা, স অশ্বপতি—অশ্বপতি নিংথৌনা, নিশ্চয়ং, বুদ্ধ নিচ্চয় তৌরদুনা, অথ—অসিগী মতুংদা, তাংকন্যাং—অদুগুম্বী রাজ কম্যা সাবিত্রীবু—রথমারোপ্য—রথদা তোংহনগা, স পুরোহিত—কুলাচার্য্য পুরোহিতকা লোয়ননা, সম্ভৃতিকৃত - থোইনা ফজরবা চাওখৎলবা, মুনিরাবৃত্তং—মুণিনা কোইশিল্লবা, তপোবনং—বন চৎখ্রে ৪২-৪৩ ॥

অথসোঽশ্বপতির্গত্বা দ্যুমৎসেন মহিপতিং।
উবাচ নৃপতে কন্যা মমেয়ং বরবর্ণিণী ॥ ৪৪
ভবৎসুতং সত্যবন্তং বরয়ামাস চেতনা।
তত্বমেতাং শুভাং রাজন গৃহানোপহৃতাংময়া ॥ ৪৪

শম্লপ্পা অর্থ—অথ—অসিগী তুংদা, নৃপতে—হে মহারাজ মমেঽয়ং—অসিগুম্বা ঐগী ইচা সাবিত্রী কন্যা অসিনা, বরবর্ণিণী বরিসদা মতিক চারবা, ভবৎসুতং—নহাক্কী মচা ইবুংঙো, সত্যবন্তং—সত্যবান্দা, চেতনা—পুকচেল লেপ্লবীনি সোঃ অশ্বপতি—অশ্বপতি নিংথৌনা, গত্বা—চৎলগা, তত্বমেতাং শুভাং—নিংথিজরবী ঐগী ইচাম্নপি অসিনা বরিজগ্রবনি, ময়াউপহৃতাং—ঐনা কচ্চগ্রবনি রাজন! হে রাজন! গৃহান—লৌশিন্বিরো, বরয়ামাস—বরিজরবনি, মহিপতিং দ্যুমৎসেনং—মহিপতিদ্যুমৎ সেনগী মফমদা উবাচ—হাইজখি নিংথৌ অশ্বপতিনা দ্যুমৎসেন নিংথৌগী মফমদা কন্যাদানগী মরম অসি নিংথিজনা উপহারগা লোইননা পিখিবনি কখোকগ্রবনি॥ ৪৪-৪৫ ॥

এবমুক্তবা দ্যুমৎসেনঃ প্রত্যুবাচ নৃপস্তদা।
বয়ং রাজ্যাৎ পরিভ্রষ্টা ধনাইনাশ্চ সর্ব্বতঃ ॥ ৪৬
চক্ষুহীনৌতথাচারাৎ দম্পতীবসুধাপতে।
অন্ধযষ্টিবয়ং বালস্তৎ কন্যার্হোনভুপতে ॥ ৪৭

শম্লপ্পা অর্থ:—তদা—মতম অসিদা, নৃপদ্যুমৎ সেনঃ—নিংথৌ দ্যুমৎ সেন্না, প্রত্যুবাচ—পাওখুম পিখি, বসুধাপতেঃ—হে লৈপাক অসিগী মপু

ওইরিবা। বয়ং—ঐখোয় অসে, রাজ্যাৎ—নিংথৌ খুতমদগী, পরিভ্রষ্ট্রা—মাইথিবা ফংলবা, সর্ব্বত—পুম্নমক অসিদগী, ধনহিনাঃ—লন-থুম পুম্নমক মাংলবনি, তথা—অমদি, আচারাৎ—লমচৎ অসিদগী দম্পতী—ঐখোয় অনিনা অমলুং চক্ষুহীনৌ—অনি অসিম্ভ তাংলবনি, অন্ধযষ্টি—মিৎ তাংলবা ঐখোয়গী চৈশু ওইরিবা, বাল:—অঙাং অসে, ন কন্যার্হে ত্তৎ—বন্যা অদুগী মতিক চাদবনি হে ভূপতি! ।। ৪৬-৪৭ ।।

অথাশ্বপতিবাচখৌ দ্যুমৎসেনং মহীপতিং।
যাদৃশস্তাদৃশো বাস্তু তব পুত্রোমহীপতে ।। ৪৮
তথাপি তবপুত্রায় সুতাং দাস্যাবি শোভনাং।
অথাশোপতি কন্যাং সাবিত্রীং সমলঙ্কৃতাং ।। ৪৯

শমম্মা অর্থ—অথ—অদুগী মতুংদা, অশ্বপনি—নিংথৌনা· দ্যুমৎসেনং মহীপতীং—মহীপতি দ্যুম্যৎসেনগী মফমদা, আচখ্যৌ—হায়জখিবনি, যাদৃশস্তাদৃশোবাস্তু—অদুম ওইনমক, তপ—তপস্যাদা পুক্নিং চংলবা, পুত্রঃ—নচা ওইরিবা, তথাপি—অদুম ওইনমক, তবপুত্রায়—মহাকী নচা অসিগী-দমক, শোভনাং—নিংথিজরবী, সুতাং—ইচাসে, দাস্যামি—পিরগনি অসি হায়রগা, অথ—অসিগী মতুংদা, অশ্বপতি নিংথৌনা, কন্যাং সাবিত্রী—সমলঙ্কৃতাং—অলঙ্কার তৌখরে শেম শাবা তৌখরে ।। ৪৮-৪৯ ।।

দদৌ সত্যবতে রাজা সন্নিধানে তপস্বিনাং।
দক্ষিনা মপি দত্বা গাং সমর্প্যচ সুতাতদা ॥ ৫০
আজগাম স্বনগরং সরাজা স পুরোহিত।
গতে পিতরি সর্ব্বানি সস্তুজ্যাভরনানিচ ॥ ৫১

শমম্মা অর্থ: রাজা=অশ্বপতিনা তপস্বিনাং=ঋষিশিংগী সন্নিধানে মনাকমক্তদা, সত্যবতে=সত্যবানগীদমক্তা, দদৌ=সাবিত্রীবু পিথরে দক্ষিনামপি=মতিকচাবা দক্ষিনা, গাংসমর্প্য—লৈপাকপুম্নদান সুতাং—মচা নুপি সাবিত্রীবু, তদা—মতম অদুদা, দত্বা - পিরম্লগা স রাজা—অশ্বপতিনা, সপুরোহিত—কুলাচার্য্য পুরোহিতক লোইমা, স্বনগরং—মশাগী লৈপাক্তা, আজগাম—হলকখরে, পিতরিগতে—মপা অশ্বতপিনা হেক

চংখিবগা, সর্ব্বানি আভরনানি অয়াম্বা ফজরবা অলঙ্কার পুম্নমক লোইনা থাদোকখি ॥ ৫০—৫১ ॥

জগৃহে বল্কলান্যেব বস্ত্রং কাষায়মেবচ।
অথ সা রাজকন্যয়া সাবিত্রী সুগুনান্বিত ।। ৫২।
শ্বশ্রুশ্বশুরয়ো সেবাং ভর্ত্তুরপ্য করোৎসদা।
ভক্ত্যা পরময়া সাথ শ্বশ্রুশ্বরয়ো সদা ।। ৫৩।

শম্নপ্পা অর্থঃ পিতর্ব্বিগমনে সতি—মপা ওইবা রাজা অশ্বপতি হেক চংখিবগা, অথ—অসিগী মতুংদা, সারাজকন্যা—নিংথৌগী মচা নুপীনা, সাবিত্রীনা, সুগুনান্বিত—নিংখিজবা গুন কয়া লৈতেংলবা ফি লোথেক্লগা বল্কলান্যেব—উকুগী মচু ওইবা কাষায়মেবচ—নিংথিনা মচু শংলবা বস্ত্রং=ফি অদু, জগৃহে—লোখরে, সদা—মতম পুম্নমক্তা, পরময়া ভক্ত্যা—থোইদোকপা ভক্তিগা লোইননা, শ্বশ্রুশ্বরয়ো—মনেম মকুগী ভর্ত্তুরপি মপুরোইবা ওইরিবা সত্যবানগী, সেবাং—মতিক চানা সেবা সাবিত্রীনা মুতম চুপ্পদা থাদোকপা লৈতনা য়াম্না পুক্নিং চংনা সেবা তৌজখিবনি ।। ৫২—৫৩।

ভর্ত্তুশ্চ দয়িতা হ্যাসীত্তাপসানাঞ্চ সম্মতা।
ততঃ সা, নারদবচো ধ্যায়ন্তীচ সচেতনা ।। ৫৪
গণয়ামাস দিবসান পক্ষং মাসং তথায়নং।
ততস্ত্রিরাত্রশেষেচ,তস্মিন্ সংবৎসরেস্থিতে।। ৫৫

শম্নপ্পা অর্থঃ—ভর্ত্তুশ্চদয়িতা—ভর্ত্তুগী থোইনা চানরবী—সম্মতা—মতম্সু মানরবী, দয়িতা—চানবী অদুসু; তাপসানাঞ্চ—তাপসি অমা ওইখরে, ততঃ—অদুগী মতুংদা, সচেতনা—পুকচেন তিংনা তপ্পা নারদবচো—দেবর্ষি নারদগী রা অদু, ধ্যায়ন্তি—নিংশিংলকখিবনি, গণয়ামাস—নুমিৎ মশিং থাখি, দিবসান পক্ষং মাসং তথায়নং নুমিৎ নুমিৎকী পক্ষগী থা মখাই নুমিৎ ১৫, মথংদা থা অমা নুমিৎ ৩০ নি অমদি চহি অমা হায়বসি মানা সাবিত্রীনা পারকপনি, ততঃ—অসিগী মতুংদা চহি অসি ওইরকপদা,

তস্মিনবৎসরে—চহি অসিদদি ত্রিরাত্রশেষেষু—অহিং অহুম হায়রকদবা অসিদা ॥ ৫৪-৫৫

শ্বশ্রূশ্বশুরয়ো পত্যুরাজ্ঞাং জগ্রাহ সা সতী।
কর্ত্তুংব্রতং ত্রিরাত্রাখ্য মুপাবাসসমন্বিতং ॥ ৫৬
অথতস্মিনদিনে প্রাপ্তেনারদেননিবেদিত।
সত্যবানবিপিনং গন্তুমুপক্রমমথামকরোৎ ॥ ৫৭

শব্দগী অর্থ:—সা সতী—সাবিত্রীনা, শ্বশ্রূশ্বশুরযো:—মনেম মকু অনিগী অমদি, পত্যু:—সত্যবানগী, আজ্ঞাং—য়াথং জগ্রাহ=লৌখরে, ত্রিরাত্রখ্যমুপবাসসমন্বিতং=অহিং অহুমদংদি উশবাস ব্রত তৌজগে হায়বসি, নিবেদিত=হায়জরদনা, অথ=অসিগী তুংদা তস্মিনদিনে হায়রিবা মুমিৎ অসি ওইরক্লবদা, সত্যবান—সত্যাবান্, বিপিনং—শোংলবা বন্দা, গন্তুং—চৎননবগী উপক্রমং অকরোৎ=থৌরাং পুম্নমক লোইনা তৌখরে ॥ ৫৬-৫৭ ॥

স্কন্ধে পরশুমাদায় হস্তেকৃত্বা করণ্ডিকাং।
ফলং কাষ্ঠংতথানেতুমাশ্বাস্য পিতরৌতদা। ৫৮
সাবিত্রীচোদিতে সূর্য্যেকৃত্বা পৌর্ব্বাহ্নিকীং ক্রিয়াম।
সর্ব্বানেবদ্বিজান বৃদ্ধান শ্বশ্রূং শ্বশুরমেবচ ॥ ৫৯

শব্দগী অর্থ:—সত্যবান্, স্কন্ধে=লেংবান্দা, পরশুং আদায়—শিংজং থন্নদুনা, হস্তে—খুত্তা, ফলং কাষ্ঠংতথানেতুং=ফলং উহৈ কয়া পুরক্লবগী-দমক, তদা—মতম অদুদা, পিতরৌ=মাতৃপিতৃ অনিদা, আশ্বাস্য=খংহল্লগে, সাবিত্রীচ সাবিত্রীনসু সূর্য্যেউদিতে=নুমিৎ থোক্লরবদা, পৌর্ব্বাহ্নিকীং ক্রিয়াং অয়ুক্কী তৌগদোবা ক্রিয়া পুম্নমক লোইরদুনা, সর্ব্বানেব দ্বিজান=অয়াম্বা ব্রাহ্মণশিং লাইগুরুশিং মনেম-মকুগী পুম্নমক্কী সেবা তৌরগা ॥ ৫৮-৫৯ ॥

অভিবাদ্যানুপূর্ব্বেন প্রাঞ্জলি নিয়মান্বিতা।
অবৈধব্যাশিষস্তেষাং জগ্রাহনিয়মান্বিতা ॥ ৬০

শ্বশ্রুরাবথ সাবিত্রী জগাদৈকান্তমনসা।
বিপিনং দ্রষ্টমিচ্ছানি সহভর্ত্তাকুহলাৎ ।। ৬১

শম্নপা অর্থ=সাবিত্রীনা, নিয়মাস্থিতা নিয়ম কায়দনা, প্রাঞ্জলি—খুৎ লোম্নহুনা, পূর্ব্বেন=হাননা, অভিবাদ্যাম্নু=থুরুমজরহুনা, নিয়মান্বিতা=থৌগৎনলোন ব্যবহার কাইদনা, তেষাং=হায়রিবা পুম্নমক অসিদগী, অবৈধব্যাশিষ=বিধবা গুইদনবগীদমক, আশিষ=আশিব্বাদ তৌগ্রে, অথ=অসিগী মতুংদা, একান্তমনসা=পুক্নিং অনি লোংত্রবী সাবিত্রীনা, সহভর্ত্তা=সত্যবানগা লোয়ননা, কুতুহলাৎ=হন্নাও-তয়াম্না, বিপিনং=শোংলবা, বনবু দ্রষ্টুমিচ্ছামি - লোয়নহুনা চৎকে য়েংলুগে নিংলিবনি ।। ৬০ - ৬১

তামুচত স্তৌ শ্বশুরৌ পারনাদিবসংতব।
অকৃত্বা তৎ কথং গন্তুং বনমিচ্ছতি শোভনে ॥ ৬২
অথ প্রোবাচ সাবিত্রী নেদানীং পারনা ময়া।
কর্ত্তব্যাসহভত্রা্তু গন্তব্যং বনমেবহি ॥ ৬৩

শম্নপা অর্থ:—তৌশ্বশুরৌ—মনেম মকু অনিমক্না, তাং=সাবিত্রীগী মফমদা, উচতু=হায়খিবনি, শোভনে=নিংথিহ্রবি ঙসি, তব=নহাক্কী, পারনাদিবসং=পারনাগী নুমিৎনি. অকৃত্বা—পারনা তৌদনা চাদনা, কথং গন্তুং=কন্নম চংকে, ইচ্ছতি=নিংলিবনো, অথ—অসিগী মতুংদা, সাবিত্রীনা, প্রোবাচ—খুমখি হায়খিনি ইদানীং পারনা ময়া—ঐ হৌজিক পারনা তৌখিরোই, ভার্ত্তাতুসহভর্ত্তাগা লোইননা, কর্ত্তব্যা=ঐ চাগদবনি হায়না খুমখি মরম অসিনা বন্দা চৎচগদৌন্নিবনি। তুংইনগদৌন্নিবনি ।। ৬২-৬৩ ।।

অস্তংগতেময়া সূর্য্যে ভোক্তব্যং কৃতকাম্যয়া।
ন পত্ন্যঃ সন্নিধৌক্লান্তি মম কাচন বিদ্যতে ।। ৬৪

মার্কণ্ডের উবাচ:—

ততোঽনুজ্ঞাং প্রদদতুস্তস্মৈ তৌশ্বশুরৌতদা।
জগাম সত্যবান সোঽপি বিপিনং সহ ভার্য্যয়া ।। ৬৫

শব্দার্থ অর্থ.—অস্তংগতে=মুমিং তারবদা· কৃতকাম্যয়া—অপাম্বগা লোইননা. ভোক্তব্যং—চাগদবা ওই· পত্যুঃ সন্নিধৌ—পতিগী মফমদদি, কদাচন—কম্বিগুম্বা কান্দা· মম—ঐগী. ক্লান্তি=চোকথবা অব্রাবা করিস্নু, ন বিদ্যতে—ঐগী করিস্নু লৈজদবনি। মার্কণ্ডেয়উবাচ—মার্কণ্ডেয় মুণিনা হায়খি. তদা=মতম অহুদা, তস্মৈ—সাবিত্রীগীদমক, শ্বশুরৌ—মনেম-মকু অনিমক্লা অনুজ্ঞাং প্রদদতু—অয়াবা অহু পিখরে, সোঽপি—অহুগুম্বা সত্যবানগা সহভার্য্য ভার্য্যা ওইবী সাবিত্রীগা লোইননা সত্যবাননা, বিপিনংজগাম—শোংলবা বন্দা চৎমিন্নখরে।। ৬৪-৬৫।।

তত্রগত্বা ফলৈর্ব্বান্যৈঃ স করণ্ডীকমপুরয়ৎ।
অথ কাষ্ঠং কুঠারেন কাটয়ামাস সত্যবান।। ৬৬
তস্য কাটয়তঃ কাষ্ঠং মধ্যাহ্নে মহতীব্যথা।
মুর্দ্ধিজাতা ততঃ সোঽথ সুষাপ নৃপনন্দনঃ।। ৬৭

শব্দার্থ অর্থঃ-তত্রগত্বা—মফম অহুদা চৎলগা; ফলৈবর্বন্যৈঃ=বন অহুদা কংবা ফলমুল কয়ানা, করণ্ডীকাংমপুরয়ৎ=থুমোক অহু থনহনখি, স—সত্যবান্না. অথ=অহুগী মতুংদা, কুঠারেন=শিংজং অহুনা, সত্যবান্না, কাষ্ঠং=শিং-উ অহুবু. কাটয়ামাস=ককথৎখি, তস্য—অহুগুম্বা. কাষ্ঠং-কাটয়তঃ—শিং উ অহু ককপা মতম অসি, মধ্যাহ্নে—মুমিং য়ুংবা মতম ওইবনা, মহতীব্যথা=য়ান্না য়ারম্মী, অথ=অসিগী মতুংদা, সঃ=সত্যবান, মুর্দ্ধিজাতা—মকোক ভাওরকই, ততঃ—মতুং অহুদি, নৃপনন্দনঃ—সত্যবান্না, সুষাপ=তুমথখরে জ্ঞান মাংখরে।। ৬৬-৬৭।।

সাবিত্র্যা উরুদেশেতু সন্নিবেস্যস্তশিস্তরদা।
অথ সা নারদোবচ ধ্যায়ন্তি দৈবতানিচ।। ৬৮
জগাম শরণং সাধবী তত্তুজীবন বাঞ্ছয়া।
অথ সা পাশহস্তঞ্চ কৃষ্ণংরক্তেক্ষণংযমং।। ৬৯

শব্দার্থ অর্থঃ—তদা—মতম অহুদা, সাবিত্র্যা—সাবিত্রীগী উরুদেশে—ফৈগন অহুদা, শিরঃ=সত্যবানগী কোক অহু, সন্নিবেস্য—থাঙ্গৎলবা মতম অহুদা সা—সাবিত্রীনা, দৈবতানি লাইগী নোংদম্না, ধ্যায়ন্তি—

নিংশিংলকই, সাধবী=পতিব্রতা ওইবী সতি সাবিত্রীনা, ভর্তু জীবন বাঞ্ছয়া—সত্যবান জীবনবু পামখিবনি, অথ—অসিগী তুংদা স্য—সাবিত্রীনা, মথুত্তা থোরি অমা পায়বা, কৃষ্ণং—মুদ্রুকমুবা, রক্তেক্ষনং—মঙ্গিংনা ঙাংশং ঙাংবা, যমং—যমরাজবু উখিরম্মী ।। ৬৮-৬৯।।

দদর্শ সত্যবৎ পার্শ্বেস্থিতং বিপুলতেজসং ।
ততঃ সত্যবত্যস্য রাজপুত্রস্য দেহতঃ।। ৭০
অঙ্গুষ্ঠমাত্রং পুরুষং নিশ্চকর্ষ যমোবলাৎ ।
যমস্তুতংতদাবদ্ধা প্রয়াতো দক্ষিনতঃ।। ৭১

শম্নপ্পা অর্থঃ—ততঃ—অদুগী মতুংদা, সত্যবত্যস্য রাজপুত্র রাজপুত্র সত্যবানগী, দেহতঃ=মশা অদুদগী, অঙ্গুষ্ঠমাত্রং খুৎপিমুক্তা চাওবা, পুরুষং=পুরুষ অমবু, যমোবলাৎ=যমগী তৌবঙম্বনা. নিশ্চকষ—চিংথোকখরে, তদা—মতম অদুদা, যমস্তু—যমরাজ অদুনা, তং=পুরুষং পুরুষ তদুবু, বদ্ধা—কারগা পুল্লগা, দক্ষিনতঃ—মমাই মখা ওন্দুনা প্রয়াতো—চংখরে থুনা য়াংনা।। ৭০-৭১

তদানীং সাচ সাবিত্রী সংভ্রান্তমানসা ।
শনৈঃ শরীরং তদ্ভর্তুমৃতং ভূমাবসায়য়ৎ ॥ ৭২
বিনয়াবনতা ভূত্বা প্রাঞ্জলির্যমভ্যগাৎ ।
যত্রপাশেন বদ্ধাতুপতিস্তস্যা যমোঽনয়ৎ ।। ৭৩

শম্নপ্পা অর্থঃ—সাচ—অগুম্বী, সাবিত্রীদুনা, সংভ্রান্তমনসা পুক্লিং লাংতক্রবা চিংনদুনা, ভর্তু সত্যবানগী, মৃতং—শিরবা, শরীরং—হকচাং অদুবু, শনৈঃ—য়াম্না তপ্না, ভূমৌ—লৈপাক্তা, আসায়য়ৎ—থনমখি, থনম্লগা, বিনয়াবনতা—ইকাইখুম্না নোলুকপা, ভূত্বা—ওইদুনা, প্রাঞ্জলি—মখুৎ লোনদুনা, যমোভ্যগাৎ—যমগী মতুং ইন্দুনা চংখি, যত্র—মকম অদুদা, পাশেন বদ্ধাতু—পুন্দুনা পুখ্রবস্থ, পতিতস্য—পতি অদুবু, যমোঽনয়ং—যম্মা পুথ্রবনি চংথ্রবনি ।। ৭২-৭৩।।

যমউবাচঃ—

ত্বং নিবর্ত্তস্ব সাবিত্রীকুরুষবসৌর্দ্ধদেহিকং ।

গতি হি কর্ম্মনাং ভিন্না নৃনাং সাবিত্রী শোভনে॥ ৭৪

এবমুক্তক্ক্বাতু সাবিত্রী বৈবস্বভাষত

সাবিত্রীউবাচঃ—

যত্রমেণীয়তে ভর্ত্তা তত্র যাস্যাম্যহং স্বয়ং।

পতি রেব গতি স্ত্রীনামেব ধর্ম্ম সনাতনঃ॥ ৭৫

শম্নপ্পা অর্থঃ—সাবিত্রী! ত্বং নিবর্ত্তস্ব—নং লাক্লগম্মু হনখ্রো করুষব সৌর্দ্ধ্বদেহিকং—তৌরুরো পাংথোকলুরো দাহক্রিয়া পুম্নমক, সাবিত্রী শোভনে—নিঙথিজরবী সাবিত্রী! নৃনাং—মীওইবশিংগী কর্ম্মনাংভিন্না—কর্ম্ম তৌবা হায়বসিনা—সোইব্রবা তৌব্রবা য়াব্রবা, গতিহি—লমচং ওইরিবনি। এবমুক্তাতু সাবিত্রী—অসি হায়না সাবিত্রীগী মফমদা, বৈবস্বমভাষত—যমরাজনা হায়খিবনি, সাবিত্রী উবাচঃ—সাবিত্রীনা হায়জখি; যত্রনীয়তেভর্ত্তা মে-মফম অদুদা ঐগী ভর্ত্তা পুবা মফম্, তত্র-মফম অদুদা, যাস্যম্যহস্বয়ং—মফম অদুদা ঐসু সোইদনা চংকনি, পতিরেব—পতি হায়বসি, স্ত্রীনামেব—নুপীশিংগী ওইবা, ধর্ম্ম সনাতনঃ—লোংব্রবা কুইরবা ককপা য়ারোইদব, ধর্ম্মনি!। ৭৪-৭৫॥

তপসা গুরুভক্ত্যাচ ভর্ত্তৃস্নেহেনতেনচ।

তব চৈব প্রাসাদেন ন মেপ্রতিহত্তাগতি॥ ৭৬

ধর্ম্মপ্রধানং মুনয়োবদন্তি ধর্ম্মাধিপং ত্বামপিচামন্তি।

সর্ব্বস্য লোকস্যহৃদঙ্করোহপি সর্ব্বেততস্ত্বাংশরণংপ্রপন্না॥৭৭

শম্নপ্পা অর্থঃ—তপসাগুরুভক্ত্যাচ—তপস্যা তৌবা গুরুগী ভক্তিনি, তেনচ—অদুগুম্না, ভর্ত্তিস্নেহেনচ—ভর্ত্তাগীসু স্নেহনি, তবচৈবপ্রমাদেন—নহাক্না থৌজানবিদুনা, মে—ঐগী, গতি—লমচং অসে, নপ্রতিহত্তা—মাংহনবিগদ্ব, ধর্ম্মপ্রধানং মুনয়ঃ বদন্তি—ধর্ম্মনা প্রধান ওইবা মুনিশিংনা হায়নৈ, ধর্ম্মাধিপং ত্বামপিচামন্তি—ধর্ম্মগী মপু ওইরিবা নহাকপু ঐনা নিংজরি, সর্ব্বস্যলোকস্য—সংসার পুম্নমক অসিগী, হৃদঙ্করোহপি—থম্মোইদা চংলিবা লৈরিবা, সর্ব্বেততস্ত্বাংশরননং প্রপন্না—অসিগী তুংদা পুম্নমক্না ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা চংজরিবা ঙাক্তনি॥৭৬-৭৭॥

অথ তুষ্টো যমঃ প্রাহ সাবিত্রীং সত্যবাদিনীং।
বরং বরয় সুশ্রোনি সত্যবজ্জীবনাদৃতে ॥ ৭৮

সাবিত্র্যুবাচঃ—

মমান্ধৌ শ্বশ্রূশ্বশুরৌ তপোবন মুপাগতৌ।
সচক্ষুসৌভবেতাং তৌ প্রসাদেন সূর্য্যজ ॥ ৭৯

শন্নপা অর্থঃ—অথ—অসিগী মতুংদা, যমঃ প্রাহ—যমরাজনা হায়খি সত্যবাদিনীং—অচুম্বরাবু হাইরিবী, সাবিত্রীং তুষ্টোংহং—ঐ পেল্লবনি, বরং বরয়—বর অমা হায়য়ু ঐ পিগে, সত্যবজ্জীবনাদৃতে—সত্যবান জীবদি নত্তবা। মতাং অসিদা সাবিত্র্যুবাচ—সাবিত্রীনা হায়জখি, মম—ঐগী, শ্বশ্রুশ্বশুরৌ—ইনেম-ইকু অনিমক, অন্ধৌ—মমিৎ লোইনা তাংই, তপোবন-মুপাগতৌ—তপবন্দা চংজকম লৌদুনা লৈরিবনি সূর্য্যজ—হে সূর্য্যজ! প্রসাদেন—থৌজানবিহুনা তৌ—মখোই অনিবু সচক্ষসৌ ভবেতাং—মিৎশিং অদু উহনবিরো ॥ ৭৮-৭৯ ॥

যমউবাচ.—

এবমস্তু নিবর্ত্তস্ব গচ্ছ শ্বশুরয়ো গৃহম্॥
শ্রমস্তবামস্পৃশদ ভদ্রেত্বাংম্লানমিবলক্ষয়ে ॥ ৮০

সবিত্র্যুবাচঃ—

শ্রমঃ কুতো ভর্তৃসমীপতোমে।
যতোহিভর্ত্তা মম সা গতির্ধ্রুবা ॥ ৮১

শন্নপা অর্থঃ—যমউবাচ—যমরাজনা হায়খি, এবমস্তু—ওইরসন পুন্নমক, নিবর্ত্তস্ব—হনখরো, শ্বশুরয়োগৃহম—নমেম-নকুগী যুম অদুদা, ভদ্রে—নিংথিজরবী! শ্রমস্তবাং অস্পৃশদ—নং য়াম্না রারগনি, ম্লানমিবলক্ষয়ে—নম্নাই নমিৎ লোইনা মকসিল্লে, সাবিত্র্যুবাচ—সাবিত্রীনা হায়জখি, কুতোশ্রমঃ—কদায়দগী অরাবা ওইগনি, মে—ঐগী, ভর্তৃসমীপে—ঐগী পতিগী মনাক চৎপদদি, যতোহিভর্ত্তা—ঐগীভর্ত্তা চৎলিবা পুরিবা মকম অদুদা, মম...ঐগী সা গতির্ধ্রুবা...ঐনা মফম অদুদা চৎপস্তু ঐগী তৌকম থোকপনি চৎকদবনি সোয়দনা ॥ ৮০-৮১ ॥

যতঃ পতি নেষ্যসি তত্রমেগন্তি।
দেবেশ ভুয়োহপি বচো নিরোধমে॥ ৮২
সতাং সুহৃৎ সঙ্গমীপসিতং পরং।
ততঃ পরং মিত্রমিতি প্রচক্ষতে॥ ৮৩

শব্দপ্পা অর্থ: যতঃ=মরম অসিদগী পতি নেষ্যসি ঐগী পতিবু পুরিবা মফম, তত্র=মফম অদুদা, মেগতি=ঐগী লম্বীনি চৎকনি দেবেশ =হে ইবুংঙো! ভুয়োহপি=অমুক হন্না, বচো=য়াথং অদু, মে=ঐগী মফমদা, নিরোধ=হাইবিরগনু॥ সতাং সুহৃৎ=সাধুশিং সুহৃৎশিং সঙ্গমীপসিতং=সংগা তিনরুবা চানরুবা, পরং=অথোইবনি, ততঃ= অসি মতুংদদি, পরং=অথোইবা মিত্রমিতি প্রচক্ষতে=অথোইবা মরূপনি সুহৃংনি হাইনরিবনি॥ ৮২-৮৩॥

ন চাফল্য সংপুরুষেন সঙ্গতি।
রতঃ সতাং সন্নিবসেৎ সমাগমে॥ ৮৪

যমউবাচঃ—

তুষ্টোহস্মি তেহনয়া বাচা বরয় সুব্রতে।
ঋতে সত্যবতোজীবাং যদিচ্ছসি দদামিতং॥ ৮৫

শব্দপ্পা অর্থঃ সৎ পুরুষেন=সৎ পুরুষশিংগা লোইনবা সঙ্গতি =তিনরুবা, নচাফল্য=ফংঙমদবনি, সতাং=সাধুশিংনা সমাগামে— লাক্লবদা, সন্নিবসেৎ—সঙ্গ তৌবদা রত—পুক্নিং চংগদবনি যমউবাচ।— যমরাজনা হায়খি, তুষ্টোইস্মি—ঐপেলবনি, তে—নংগী মফমদা সুব্রতে —হে নিংথিজবী ব্রত চেৎনা তৌরিবী অনয়া বাচা—অতোপ্পা য়াহৈ অমনা বরয়-বর অমা হাইয়ো, সত্যবতোজীবাং—সত্যবানগী জীবদি নত্তবা, যদিচ্ছাসি=করিগুম্বা অপাম্বা অমা নংনা নিংলবদি লৈরবদি, দদামিতং—মহু সোইদনা ঐনা পিরগে হাইবো নিংথিবী॥ ৮৪-৮৫।

সাবিত্র্যুবাচ:—

হৃতং পুরা মে শ্বশুরস্য বৈরাভিঃ।

স্বমেব রাজ্যং লভতাং স পর্থিবঃ।। ৮৬

জহ্যাৎ স্বধর্মং নচমে গুরুর্যথা।

দ্বিতীয়মেতং বরযামি তে বরম।। ৮৭

শব্দপ্রা অর্থঃ—সাবিত্র্যুবাচ—সাবিত্রীনা হায়জখি, পুর—মমাংঙৈদা, মেশ্বশুরস্য—ঐগী ইকুবোক্কী, বৈরভিঃ—য়েক্কবশিংনা, হৃতং—হুগ্রবা মাংগ্রবা, রাজ্যং—লৈপাক অদু, পার্থিব, স্বয়মেব—লভতাং ফংহনবিয়ু। জহ্যাৎ—থাদোকগ্রবা, যথা—অমদি গুরুনা, মে—ঐগী স্ব ধর্ম্মং—মশাগী ধর্ম্ম ওইবা, তেবরং—নহাক্কী অথোইবা বর অমবু, দ্বিতীয়ে—অনিশুবদা, মে—ঐগী, তং—বর অমা, বরয়াম্মি—নিজরি।। ৮৬-৮৭।।

যম উবাচঃ—

এবমস্তু নিবর্ত্তস্ব ত্বং সাবিত্রী স্বমন্দিরম।

সাবিত্রীউবাচঃ—

অদ্রোহঃ সর্ব্বভুতেষু কর্ম্মনা মনসা জিবা।। ৮৮

অনুগ্রহশ্চদানঞ্চ সতাং ধর্ম্মং সনাতনঃ।

সন্তুষ্টাশ্চৈব মিত্রেষু দয়াং প্রাপ্তেষু কুর্ব্বতে।। ৮৯

শব্দপ্রা অর্থঃ—যমউবাচ—যমরাজনা হায়খি, এবমস্তু—নংনা হায়রিবা পুম্নমক অদু ওইরসনু, ত্বং নিবর্ত্তস্ব—নং হনগ্রো, সাবিত্রী স্বমন্দিরম্—নংগী লৈফম মন্দির অদুদা, সাবিত্রীনা হায়জখি, অদ্রোহঃ—য়েক্কবা লৈতবা, সর্ব্বভুতেষু—জিব পুম্নমক্তা, কর্ম্মনা—তৌরিবা কর্ম্মনা, মনসা—পুক্কিংনা, জিবাঃ—জিব পুম্নমক্তা, অনুগ্রহশ্চ—থৌজান হৈবা, দানঞ্চ—দান পিথোকপদা চিংনদবা হায়রিবা পুম্নমক অসি, সতাং ধর্ম্মঃ সনাতনঃ—সাধু ওইবশিংগী ধর্ম্মনি লেংদ্রবা সনাতন ওইগ্রবনি, সন্তুষ্টৈব—পেনববু পেল্লবদি, মিত্রেষু মরুপ ওইবগী মফমদা, দয়াং প্রপ্তেষু কুরুতে—দয়া থৌজানবু ফংলবদি অদুম পেম্বিবনি রাফম অসি সাবিত্রীনা যমরাজগী মফমদা হায়জখিবনি।। ৮৮-৮৯।।

যমউবাচঃ—

জীবনেন বিনাভর্ত্তু, বরং বৃণু শুভাননে।
তৃতীয়ন্তে বরং ভদ্রে দদামি প্রীতিমানহংশম।।৯০
ততোহপি বরয়ামাস ধর্ম্মরাজং পাতিব্রতা।

সাবিত্রীউবাচঃ—

পুত্রহীনা মমপিতা তস্য পুত্রশতন্তুবেং।। ৯১

শম্নপ্পা অর্থঃ—যম উবাচ—যমরাজনা হায়খি, শুভাননে—হে মাই-থোং ফজবী! বরং বৃণু—বর অমগা হায়য়ু, জীবনেন ভর্ত্তু—সত্যবানগী জীবদি নত্তবা, প্রীতিমানহংশম—থোইদোক্পা পেল্লে ঐসে ভদ্রে! তৃতীয়ন্তে বরং—অহুমশুবা বর অমা হায়রো, দদামি—ঐনা পিরগে, সাবিত্রীউবাচ—সাবিত্রীনা হায়জখি, মমপিতা—ঐগী ইপা অদো, পুত্রহীনা—মচা লৈতবনি, তস্য—অদুগুম্বা ইপাদুনা, পুত্রশতন্তুবেং—মচা চাম্বা (১০০) পোকপা ওইহনবিয়ু।। ৯০-৯১।।

যমউবাচঃ—

কুলস্যসন্তানকরং পিতুঃ পুত্রশতন্তুবেং।
ত্বং নিবর্ত্তস্ব সাবিত্রী দুরং পস্থানমাগতা। ৯২

সাবিত্র্যুবাচঃ—

বিবস্বতত্বং তনয়ঃ প্রতাপবান অহোহর্থবৈবস্বতউচ্যতেবুধৈঃ
শমেন ধর্ম্মেন চ রঞ্জিতা প্রজাস্ততস্তবেহেশ্বর ধর্ম্মরাজতা।।৯৩

শম্নপ্পা অর্থঃ—পিতুঃ—মপাগী কুলস্য—শাগৈগী, সন্তানকরং—মচা-মশু ওইননবগীদমক, পুত্রশতন্তুবেং—মচা চাম্বা (১০০) পোকপা শোইদনা ওইরগনি, ত্বংনিবর্ত্তস্ব—হনখ্রো চৎখ্রো, সাবিত্রী! দুরপন্থামাগতা—নং য়াম্না লাপ্না লাক্লে। সাবিত্র্যউবাচ—সাবিত্রীনা হায়খি, হেবিবস্বত! ত্বং—ইবুংঙো নহাক্না, প্রতাপবান—মতিক মগুণ য়াম্না লৈরবা, তনয়ঃ—মচা কয়া ফংজরো হায়রি, অহো—অরাবনি, উচ্যতে—হায়নরিএ, বুধৈঃ—অয়াম্বা জ্ঞানিশিংনা, শমেন—পরিশুদ্ধমনা, ধর্ম্ম ওইনা, রঞ্জিতা—শংগ্রবা ওইগ্রবা, হে শ্বর ধর্ম্মরাজত!—মচা ফংজরো হায়বিরি তাকপিরি।৯২-৯৩।।

আত্মন্যপিচ বিশ্বাসস্তথা ভবতি সূর্য্যজ।
তস্মাৎ সৎ সু বিশেষেণ সর্ব্বং প্রনয়মিচ্ছতি। ১৪ ॥

যমউবাচঃ—

পরিতুষ্টোঽস্মি ভদ্রে তে চতুর্থস্তু বরংবৃনু।
বিনা সত্যবতঃ প্রানান যদিচ্ছসি দদামিতৎ ॥ ১৫ ॥

**শব্দগী অর্থ:** অপিচ—অমদি, আত্মনি,! নহাক্না, বিশ্বাস—থাজবিরবদি, সূর্য্যজ! তথাভবতি—মতুমক সোইদনা ওইগদবা, তস্মাৎ—মরম অসিদগী, সৎসুবিশেষেন—শোইদনা ওইক্ষম থোকপা, সংপ্রনয়মিচ্ছতি—পুম্নমক অতু হায়জরি নিংজরিএ ॥ যমউবাচ=যমরাজনা হায়খি, পরিতুষ্টোঽস্মি=ঐ য়াম্না পেল্লবনি, ভদ্রে=নিংথিজরবি, চতুর্থস্তু বরংবৃনু=মরম অসিনা মরিশুবা বর অমা হায়রো সত্যবতঃ প্রানান, সত্যবানগী থরায়দি নত্তবা, যদিচ্ছসি=মতু নংনা নিংলবদি, তৎ=মতু, দদামি=শোইদনা পিরগনি ॥ ১৪-১৫ ॥

সাবিত্র্যুবাচঃ—

অস্য সত্যবতঃ পুত্রশত মৌরসসম্ভবম্।
জায়তাং ময়ি দেবেশত্বং প্রসাদেন সূর্য্যজ ॥ ১৬ ॥

যমউবাচ:—

ভবিষ্যত্যেব মেবং হি পরিতুষ্টোদদামিতে।
অতিদূরং সমায়াতা নিবর্ত্তযব স্বমন্দিরম্ ॥ ১৭ ॥

**শব্দগী অর্থঃ**—সাবিত্রীনা:—সত্যবতঃ=সত্যবানগী, শতপুত্র মৌরসসম্ভবং=মচা ১০০ শোইদনা মহাক্কী ঐরবদগী পোক্লগনি, জায়তাং=জায়া ওইবী, ময়ি=ঐগোন্দা, দেবেশ=হে দেবেশ! সূর্য্যজ=হেন্নমিংকী মচা! ত্বংপ্রসাদেন = নহাক্কী থৌজাননি। যমউবাচ=যমরাজনা হায়খি, এবং=অতুমক, ভবিষ্যতে=শোইদনা ওইরক্লগনি, হি=মরম অসিদগী, পরিতুষ্টো=ঐ পেল্লবনি, তেদদামি=নংগী শোইদনা পিরবনি, অতিদূরংসমাগতা=য়াম্না লাপ্না নং লাক্লে, নিবর্ত্তযব=হল্লো চৎলো, স্বমন্দিরম্=নংগী লৈফম মন্দির অদুদা ॥ ১৬-১৭ ॥

সাবিত্র্যুবাচঃ—

সতাং সদা শাশ্বত ধর্ম্ম বৃত্তিঃ সন্তোন সীদন্তিনচ ব্যথন্তে ।

সতাং সদ্ভির্নাফলঃ সঙ্গনোঽস্তি সদ্ভ্যোভয়ংনানুবিন্দন্তিসন্ত ।।৯৮

সন্তোহিসত্যেন নয়ন্তি সূর্য্যং সন্তোভূবংতপসা ধ্যায়ন্তি ।

সন্তো গতির্ভূত চরস্য রাজন সতাংমধ্যে নারসীদন্তী সন্তঃ ।।৯৯

শব্দগ্না অর্থ—সতাং = সাধুশিংনা, সদা = মতম পুম্নমক্তা, শাশ্বত = অশেংবা তরুবা, ধর্ম্ম বৃত্তি = ধর্ম্ম কায়দনা চৎলি, সন্তো—সাধু হায়বা অসিনদি, ন সীদন্তি—অওকপা পোক্কে, নব্যথন্তে—অরাবন্নু লৈতবনি, সতাং—সাধুশিং, নাফল—কানরোইদবদা, সঙ্গ নোঽস্তি—অতোপ্পগা সঙ্গ তৌদবনি, সদ্ভ্যো—সাধু হায়বসিদি অকিবা অখংবন্নু লৈতবনি, সন্ত—য়াম্না তপ্পনি ।। সন্তোহি—সাধু হায়বসি, থস্যেন—তশেংনমক, নয়ন্তি—মরু লুকপনি, সন্তো—সাধু হায়বসি পৃথিবিবু, সূর্য্যং—সূর্য্যবুসু, তপসা—তপস্যতনা ধ্যাযন্তি—নিংলিবনি, সন্তোগতি—সাধুগী লমচৎতি, রাজন ! ভূতচরস্য—অচৎ-চত্তগী হে রাজন ! সতাং সাধুশিংগী মনুংদা, নারসীদন্তি রাবিবা কনাসু লৈতবনি ।।৯৮-৯৯

নকাময়েভর্ত্তৃবিনাকৃতার্থতাং ন ভর্ত্তৃহীনা ব্যবসামি জীবিতুম ।

ত্বয়ৈব দত্তঃ শতপুত্রতাবরঃ কথংত্বয়া মে হ্রিয়তে পতিপুনঃ ।।১০০

বরং বৃনে জীবতুসত্যবান যং ত্বমেব সত্যং বচনং কুরুষবমে ।

মার্কণ্ডেয়—উবাচঃ

এমমুক্তস্তু সব্রীড়ো যমঃ পাশাদমোচয়ৎ ।

অঙ্গুষ্ঠমাত্রং পুরুষং সত্যবদ্দেহনিঃসৃতং ।। ১০১

শব্দগ্না অর্থঃ—নকাময়ে—ঐ করিসু অপাম্বা লৈজদে, ভর্ত্তৃবিন কৃতার্থতাং = ভর্ত্তা না কৃতার্থতাং = ঐগী কৃতার্থদি ভর্ত্তানি, ন ভর্ত্তৃহীনা—ভর্ত্তা য়াওদনা, জীবিতুং ব্যবসামি—করম্না ঐনা হিংহনা লৈগনি, ত্বয়ৈবদত্ত—নংনা পিবিম্নবা, শতপুত্রতাবরঃ নচা ১০০ কংজো বর পিবিরবনি, কথং

ত্বয়া—কমদৌনা নহাক্না, মে ঐগী, পুন পতি হি্য়তে- কমদৌনা ঐগী পতি হুরিবা ! বরং বৃনে জীবতু সত্যবান—নহাক্না পিবিরে বর সত্যবান হিংলসনু, যংত্বয়মেব—নহাক্না, সত্যংবচনং কুরুষবমে=ঐ ইসামক্তা রা অসি হায়রমহনি। মার্কণ্ডেয় উবাচ=মুনিনা হায়খি, এবমস্তু—অসি হায়খি, সব্রীড়ো যম—যমরাজনা ইকায়না, পাশাদমোচয়ৎ=দণ্ডদগী থাদোকাখ্রে, অঙ্গুষ্ঠ মাত্রং—খুৎপিমুক্তা চাওরনি, সত্যবদ্দেহনিঃসৃতং-- সত্যবানগী দেহদগী লৌথোকখিবা পুরুষ জীবদো॥ ১০০-১০১ ॥

ধর্ম্মরাজঃ প্রহৃষ্টাত্মা সাবিত্রী মিদমব্রবীৎ।
এবভদ্রে ময়ামুক্তো ভর্ত্তা তে কুলনন্দিনি ।। ১০২
চতুর্ব্বর্ষশতায়ুশ্চ ত্বয়া সার্দ্ধমাপস্যতি।
ইষ্ট্বা যজ্ঞৈশ্চ ধর্ম্মেন খ্যাতিং লোকেগমিষ্যতি ।। ১০৩

শব্দগী অর্থঃ—ভদ্রে=নিংজরবী ! এষ ময়া মুক্তঃ— অসিগুম্বা ঐনা থাথাদোক্লগা, কুলনান্দিনি ! তে—নহাক্কী, ভর্ত্তা- পতি অসিগা, সার্দ্ধ— লোইননা চতুর্ব্বর্ষশতায়ুশ্চ—চহি ১১৪ চুপ্পা, ত্বয়া—নহাক্কা লোয়ননা, অবাপস্যতি, লৈরক্লগনি. ইষ্ট্বা পূজা তৌবদা, যজ্ঞৈশ্চ—যজ্ঞ তৌবদা, ধর্ম্মেন—ধর্ম্মনা মরম ওইদুনা, লোকে—জগৎ অসিদা, খ্যাতিং—মমিং চৎপা, গমিষ্যতি শোইদনা ওইরগনি ।। ১০২-১০৩।।

ত্বয়ি পুত্রশতঞ্চৈব সত্যবান জনিষ্যতি।
এবং তস্যৈ বরং দত্ব ধর্ম্মরাজঃ প্রতাপবান ।।১০৪
নিবর্ত্তয়িত্বা সাবিত্রীংস্বমেবং ভবনং যযৌ।
সাধিত্র্যপি জগামাশু যত্রসুপ্তঃ স সত্যবান ।। ১০৫

শব্দগী অর্থঃ—সত্যবানঃ—সত্যবানগী, ত্বয়ি নঙোন্দা, শতপুত্র শ্চৈব—নচা ১০০ বু জনিষ্যতি—শোইদনা পোক্লগনি, এবং—মতৌ অসুম্না তস্যৈ—মহাক্কীদমক, প্রতাপবান—মতিক মগুণ লৈরবা, ধর্ম্মরাজ— যম- রাজনা, বরংদত্বা—বর অসি পিরগা সাবিত্রীগী মফমদা, নিবর্ত্তয়িত্ব— হনখ্রগা, সাবিত্র্যাপি—সাবিত্রীনসু, যত্রসুপ্তঃ—মকম অহুদা তাদুনা লৈরিবা অহুদা, আশু—থুনমক, জগাম—চৎখরে য়োখরে ॥ ১০৪-১০৫॥

সচেতনাং প্রাপ্যতত; সত্যবানভ্যামভাষত।
চিরং সুপ্তোঽস্মিদয়িতে তৎয়াকিংন নিবোধত।। ১০৬।।
কশ্চাসৌ পুরুষঃ শ্যামো যোঽসৌমাংসঙ্কর্ষহি।
অথ তং প্রাহ সাবিত্রী কথয়ামি তে কথাং।। ১০৭।।

শমল্প অর্থ:—ততঃ অচুগী মতুংদা, স সত্যবান—সত্যবান্না, চেতনাং জ্ঞান লাকপা অদু, প্রাপ্য—ফংলগা, তাং—সাবিত্রীগী মফমদা, অভাষত হায়খি, চিরং সুপ্তোঽস্মি ঐ য়াম্না কুইনা তুমলুরেদা, দয়িতে—চানবী, কিংন নিবোধত—করিগী খংহনব্রিবনো? শ্যামো—শ্যামবর্ন ওইবা, কশ্চ—কনাগুম্বা, অসৌ পুরুষঃ—কনাগুম্বা নিপা অদুনা, মা—ঐবু সঙ্কর্ষহি - চিংলমন্নীনে, অথ—অসিগী মতুংদদি, তং প্রাহ—মহুমক হায়খি সাবিত্রীনা, তে—ইবুংঙো নহাক্কী নফমদ, কথাং—রারি অদু, কথায়ামি—মথংশিংনা হায়জররগে।। ১০৬-১০৭।।

পশ্চাদহমিদং সর্ব্বামিদানীং স্থৈর্য্যবানভব।
বিশ্রান্তোঽসি মহাভাগ কথয়িষ্যামি তেঽখিলাং।। ১০৮
যদি শক্তস্তৎমুত্তিষ্ঠ বিগাঢ়াং পশ্য সর্ব্বরীং।

মার্কণ্ডেয়উবাচ—

উপলভ্য ততঃ সংজ্ঞাং সত্যবান সমচিন্তয়ৎ।। ১০৯

শমল্প অর্থ:—পশ্চাৎ—অসিগী মতুংদদি, সর্ব্বাংইদং=থোদোক পুম্নমক অদু হায়জরগে. ইদানীং=হৌজিক, স্থৈর্য্যবান ভব=তপ্না নিংথিনা পোথাবিরোনে, বিশ্রান্তোঽসি তপথবিসি, মহাভাগ! লাইবক ফবা! তেঽখিলাং - পুম্নমক অদো, কথয়িষ্যামি—ঐ হায়জগে, যদি=মতম অসিদা, শক্তস্তৎমুত্তিষ্ঠ=ওয়বদি হৌগৎপিয়ু, সর্ব্বরীং বিগাঢ়াং=উরিবা হাংলিবা জগৎ অসিদা পশ্য=য়েংবিয়ু, মার্কণ্ডেয় উবাচ=মার্কণ্ডেয় মুনিনা হায়খি, ততঃ অচুগী তুংদা, সজ্ঞাং নিংশিংবচু—উপভ্য - ফংলদুনা, সত্যবান্না, সমচিন্তয়ৎ=রাখল অসি তৌরকই।।১০৮-১০৯।।

ততঃ স কথয়ামাস শিরপিড়াদিকংতথা।
ততস্তে বিপ্রসংঘাশ্চ সাবিত্রী মিদমব্রুবন।। ১২০

কথয়স্বাদ্য সাবিত্রী বৃত্তান্তং যমনেহভবৎ।
ততঃ সা কথয়ামাস যমদর্শনাদিকম।। ১২১

শব্দগী অর্থ—ততঃ—মতুগী মতুংদা, স—সত্যাবন্না, কথায়ামস—হায়খি, তথা—মতুদি, শিয় পিরাদিকং—কোক ডাওরকপা অসিনচিংবা, তত—অতুগী তুংদা, বিপ্রসংঘাশচ—ব্রহ্মণ কয়াগীশু সাবিত্রীনা, মিদমব্রুবন—হায়রদনা মতুং অতুদা, সত্যবান্না অদ্য=ঙসিদিঃ সাবিত্রী। যৎবনে=বন অতুদা ওইখিবা খোকখিবা, বৃত্তান্তং=থৌদোকশিং, কথযস্ব=হায়রো মথংশিংনা, ততঃ=মতুগী মতুংদা, সা=সাবিত্রীনা, যমদর্শনাদিকম্=যমরাজ উনবনচিংবা পুম্নমক অতু অমস্তা চিথদনা, কথয়ামাস=মথং মথং হায়খি ১২০-১২১।।

চক্ষুলাভশ্চরাজ্যঞ্চ দ্বৌবরৌ শ্বশুরস্যতু।
পিতুঃপুত্রশতঞ্চৈব পুত্রানাঞ্চাত্মনঃ শতং।। ১২২
চতুর্ব্বর্ষশতায়ুঞ্চ ভর্ত্তুঃ প্রাপ্তং যথাযমাৎ।
তৎশ্রুত্বা পরপ্রীতা বিপ্রাঃ স্বস্বগৃহং যযু।। ১২৩

শব্দগী অর্থঃ—চক্ষুলাভঞ্চ=তাংলন্বা মিৎ উরকপা, অমদি, রাজ্যঞ্চ=মাংলুরবা রাজ্য ফংলকপা, শ্বশুরস্য=মকু ওইবা দ্যুমৎসেনগী, দ্বৌবরৌ বর অনি অসি অমদি, পিতুঃ=অশ্বপতিগী, পুত্রশতঞ্চৈব=মচা ১00 পোকপা, আত্মনঃ=মশাগী, শতং পুত্রান—মচা ১০০ ফংবা, ভর্ত্তুঃ—সত্যবানগী, চতুর্ব্বর্ষশতায়ুঞ্চ=চহি ১১৪ চুপ্পা পুন্সিবা, যথা—হায়রিবা অসিমক যমদগী ফংখিবনি, তৎশ্রুত্বা=রা অসি তারগা, বিপ্রাঃ=ব্রাহ্মণশিংনা, পরপ্রিতা=থোইনা পেল্লহনা, স্ব স্ব গৃহং=মা মাগী যুমদা, যযু—লোইনা হনখরে।। ১২২-১২৩।।

সত্যবানপি সংহৃষ্টঃ পিতৃভ্যাং সহভার্য্যয়া।
অথরাত্রৌব্যতীতায়াং সঙ্গতাস্তে তপোধনাঃ।। ১২৪
কৃত পূর্ব্বাহ্নিকাস্তত্র সাবিত্রীং প্রশশংসিরে।
শাল্বদেশাদথামাত্যা দ্যুমৎসেনমহীপতীং।।১২৫

শম্নপ্পা অর্থঃ - সত্যবানপি=সত্যবাননস্থু, সংস্থপ্ত= হুণ্ডাইনা তুমখিবা পিতৃভ্যাং—পিতৃমাতৃ অনিগী, সহভাষ্যাগ লোইননা, রাত্রৌব্যতায়াং= অহিংনা লোইগ্রবদা, তেতপোধনা=তপস্যাতনা লন ওইবশিংনা, কৃতপূর্ব্ব-ক্রিকা=পূর্ব্বা হুগীক্রিয়া লোইরবদা তত্র=মফম অদুদা লাক্লগা, সাবিত্রীবু, প্রশংসিরে—থাগংখরে, শাম্বদেশাৎ=শাম্বদেশতগী লাকপা, অমাত্যা—মন্ত্রিশিংনা; মহিপতীং—নিংথৌ ওইবা, দ্যুমৎসেনং=নিংথৌ দ্যুমৎসেনবুস্থ থাগংথবে প্রশংসাতৌখরে ।। ১২৪-১২৫॥

অথা গত্যোচুর্ম্মহাবাজ স্বামাত্যেন হতোরিপুঃ।
তব পূর্ব্বেন সত্যেন বয় ম দ্যাগতা ইহ।। ১২৬
অচক্ষু র্ব্বা সচক্ষু র্ব্বা ত্বং রাজাভবভুপতে।
বতস্তৈরভ্যনুজ্ঞাতো ব্রাহ্মনৈঃ সহ মহীপতি।।১২৭

শম্নপ্পা অর্থঃ— স্বামাত্যেন—মন্ত্রিনা, হতোরিপুঃ—য়েরবা মাংপ্রবা মহারাজ—মহারাজবু, উচু—হায়খি, তব=নহাক্কী, পূর্ব্বেনসত্যেন—তশেংনা, ইহ=মফম অসিদা, বয়ং—ঐখোয়না—অদ্যাগতা— ঙসিমক,— আগতা—লাক্লবনি। রাজা—মহারাজ! ভুবপতে! ত্বং—নহাক অসে, অক্ষু র্ব্বা—মিৎ উত্রবস্থ মিৎ উরবস্থু, তত—অসিগী তুংদা, তৈঃ অভ্যনুজ্ঞাতো—ময়াম্না থৌজাম্না, ব্রহ্মনৈঃ সহ—ব্রাহ্মনশিংগা লোইননা, মহিপতি—নিংথৌনা দ্যুমৎসেনবু ।।১২৬-১২৭ ।।

তৈরমাত্যৈঃ পরিবৃতো মহাদেব্যাচ শৈব্যয়া।
পুত্রেনচ তয়া ববধা সাবিত্র্যা শীল যুক্তয়া ॥ ১২৮
যযৌ স্বপুরমব্যগ্রো হর্ষ সংপূর্ণ মান সঃ।
তত্র গত্বা দ্যুমৎসেনঃ সত্যবন্তং প্রিয়ংসুতং ॥ ১২৯

শম্নপ্পা অর্থ;—তৈরমাত্যৈ—অয়াম্বা মন্ত্রিশিংনা, পবিবৃতো—কোইশিনবা, মহাদেব্যা—মহাদেবী, শৈব্যয়াচ—শৈব্যাবুস্থ, পুত্রেনচ—মচা ওইবা সত্যবান তয়া—অনুগুম্বী, বধবা—মমৌ, শীলযুক্তয়া—লমচৎ ফজবী, সাবিত্র্য—সাবিত্রীনা হর্ষসংপুর্ন—হরাওরবা, মানসঃ—মী পুম্নম্না, তত্র—নকম অদুদা;

গম্বা—চৎলগা দ্যুমৎসেনঃ=রাজা দ্যুমৎসেনঃ—মহারাজ দ্যুমৎসেন্না, প্রিয়ং সুতং—প্রিয় পুত্র সত্যবানবুসু ॥ ১২৮-১২৯ ॥

যৌবরাজ্যে মহারাজ স্থাপয়মাস ধর্ম্মতঃ।
সাবিত্র্যাশ্চাপি কালেন জজ্ঞে পুত্রশতং বরং ।। ১৩০
ভ্রাতৃনাঞ্চ শতংজাতং সোদর্য্যানাং মহাত্মনাং।
এবমাত্মা পিতা মাতা শ্বশ্রূশ্চ শ্বশুরপতিঃ ।। ১৩১

শব্দগী অর্থঃ—মহারাজ—দ্যুমৎসেন্না, ধর্ম্মতঃ=ধর্ম্মগী মতুংইন্না সত্যবানবু, যৌবরাজ্যে=যুবরাজ ওইনা, স্থাপয়ামাস—অভিষেক তৌখি, সাবিত্র্যাশ্চপি=সাবিত্রীসু, কালেন মতম ওইরক্লুনা, শতপুত্রবরং=অথোইবা মচা (১০০) জজ্ঞে—পোকখরে, ভ্রাতৃনাশ্চ=ভ্রাতৃশিংসু, সৌদর্য্যানাং—পোকমিন্নবা, মহাত্মনাং=মহাত্মাশিংগী, শ্বশুরপতি—মনেম মকু অমদি পতিবুসু, পিতামাতা=মমা মপাবুসু,এবং—মতৌ অসুম তৌদুনা শ্বশ্রূশ্চ—নিংথিমা পুক্লিং চংনা সেবা তৌখি ।। ১৩০-১৩১ ।।

ভর্ত্তুঃকুলঞ্চ কৃতং সর্ব্বং সমৃদ্ধতং পূর্ব্বং।
এবমেবাপি পাঞ্চালী শীলাচার সমন্বিতা ১৩২
বর্দ্ধয়িষ্যতি বঃসর্ব্বান সাবিত্রীব বরাঙ্গনা।
এবমাশ্বাসিতি স্তেন মার্কণ্ডেয়েন ধীমতা।। ১৩৩

শব্দগী অর্থঃ—পূর্ব্বং=মমাংদৈ হায়গুম্না, ভর্ত্তু=ভর্ত্তাকুলঞ্চ—শাগৈ, সবর্বং কৃতং পুম্নমক অসি, সমৃদ্ধতং=লোইনা নিংথিজৈ ফজে. এবং—মতৌ অসুম তৌনা, পাঞ্চালী শীলাচার সমন্বিতা=পাঞ্চালি দ্রৌপদি, অমদি, শীলাচার সমন্বিতা—স্বভাব ফজবা কয়ানসু তিল্লবা বর ফংলবদা, সাবিত্রীব=সাবিত্রীগুম্না, বঃসর্ব্বান=পুম্নমক অসে, অসি হায়দুনা ধীমতা-তপ্লবা; তেন মার্কণ্ডেয়েন=মুণিমার্কণ্ডেয়না, আশ্বাসিত=লোইনমক শান্তি পিখরে থেমজিনখরে ॥ ১৩২-১৩৩ ।।

যধিষ্ঠির: প্রীতমনাঃ কাম্যকেহপ্যবসদ্বনে ।
যইদং শৃণুয়াদ্ভক্ত্যা সাবিত্র্যোখ্যান মুত্তমং ।। ১৩৪

শম্লপ্পা অর্থঃ -ক'ম্যকেহপ্যবসদ্বনে.—কাম্যবন্দা লৈরবস্‌ যুধিষ্ঠিরঃ= ধর্ম্মপতি যুধিষ্ঠিরনা, সাবিত্রোখ্যানং=সাবিত্রী উপাখ্যান কৌবা, উত্তম— অথোইবসিবু, য—অদুগুম্বা মী অদুনা. ভক্ত্যা=ভক্তিনা ময়ম ওইদুনা, ইদং=অসিগুম্বা রাগি অসি পুক্লিং চংনা. শৃণুযাৎ—তাগদবা ওই তাগ-দবনি ।১৩৪ ।।

স সুখী সর্ব্বসিদ্ধার্থো ন দুঃখং প্রাপ্নুযান্নরঃ।
শৃণ্বন্তি যাঃ স্ত্রীয়শ্চৈবং সাবিত্রী চরিতংশুভং।। ১৩৫
সৌভাগ্যমবৈধব্যং লভন্তে সন্ততিং শুভাং।
যমাত্তস্য ভয়ং নাস্তি বিষ্ণুলোকে মহীয়তে॥ ১৩৬
ইতি শ্রীমহাভারতে সাবিত্রী কথাসমাপ্তেঽয়ং॥

শম্লপ্পা অর্থঃ—সাবিত্রী কথাবু পুক্লিং চংনা তারবদা, স=মহাক্না, সুখী—য়াম্না নুঙাইনা, সর্ব্বসিদ্ধার্থ—পুম্নমক মপুং ফানা কান্নবা, নবঃ= মী অদুনা, ন দুঃখংপ্রাপ্নুয়াৎ—করিগুম্বদা অরাবা খুদোং থিবা ওইরোই, যা—অদুগুম্বী নুপী অদুনসু অরাবদু করিসু ফংলোই, সৌভাগ্য=মরাইবক ফবী, অবৈধব্যং—বিধবা ওইদবী ওইনা, শুভাং—নিংথিজবা, সন্ততিং= মচানচিংবা কয়া লভন্তে=ফংগনি, যমাৎতস্য=অদুগুম্বা যমদগী, ভয়ং নাস্তি—অকি-অথং লৈরোই মমৈথংদা, বিষ্ণুলোকে—বিষ্ণুলোক্তা চংলি নুঙাইনা লৈগনি মহিপতিসু ওইরিবনি স্বর্গ ফংলিবনি ইতি।। ১৩৫-১৩৬

অসিগী মতুংদা প্রসাদিনচিংবা ফংলগা. মশাগী ওইবঃ স্বামী (মপু-রোইবা অদুদা) ফি অমা কংপা অমদি পুষ্পমালানচিংবনা পুক্লিং চংনা পূজা তৌবা অমসুং যথা শক্তি দক্ষিনা কংপা অসিনি কর্ত্তব্যনি। মথং অসিদদি অচ্ছিদ্রাবধারন তৌবা, অসিগী মতুংদা হায়বদি ব্রতদিনগী মতুংদা "হলায়নমঃ" হায়রগা ব্রতি (হায়বদি ব্রত তৌরিবী পূজা অসি কংলিবী) মশামক ভোজন চারগনি পোথারগনি ইতি।

—□—

# সতীগী মরমদা খজক্কং

সতী হায়বা অসিগী মকমদা চহি খরগী মমাংদা থোকখিবা থৌদোক ঐ ইশামক্কা উহৌবা থেংনবমক নক্রবম্ব ওইবা য়াবা খুদমগা ওইনা ইকুই কুইত্রিবৈংগী মতুংদা উরকই মফম অদুদা। হায়রিবা মফম অসি রাজস্থানগী লমনি হায় ইউপিদি নত্তবা রাধাকুণ্ডগী খর চৎলগা চাওয়াক্কা কি: মি: ৩/৪ লোম চৎলগা চংলিবা লম্বীগীদি নোংপোকলোমদা লম্বী ময়ামক্তদনি। মফম অদুদা ওইবা য়াবা থাজবা পোকপা সাধু সন্যাসিশিংনা মফম অদুদা লেক্তুনা চাত্তুনা তেন খন্দুনা কয়ানি লৈরম্মিবা। মফম অসিদা সতি ওইবী মুপী অমনা মশাদগী মৈ পুথোক্তুনা মতোমতা শিজখিবগী য়াানি।

ঐনা তাখিবা রারি ওইনা থৌদোক অদুগী থংবমখৈ ঐনা তাখিবশিং পল্লরি। মতুদি ঐনা মথক্তা পনগ্রবা মকম মতম অসিমক্তদা কনাগুম্বা নিপা মশাগী মীনা হঙ্গোইরবা লাইনা অমনা নাবনি হায়, মী অসিগী লোইনবী মুপী অসিনা হঙ্গোইবা লৈতনা কৈকইগী ভারত্তা সেবা তৌই হায়। নাম্বিবা নিপা অসিনা নংনা ঐবু য়াম্না লুনা সেবা তৌরি, ঐগী রাখল্দা ঐ হিংগনি-লৈখিগনি হায়বসি উরক্রে করিগুম্বা ঐনা শিখিবা থোক্লবদি নং করম হিংহৌগদবা ঐনা মসি খনবদা ঐম্ম য়াম্না রারে। ঐগী লাইনা অসিদি চংলকপা মীনা হঙ্গোইনরবা লাইনানি, নংগীদমক্তা খল্লুবদা ঐম্ম য়াম্না অরাবা অমা ওইরে। ঐগী লাইনাগী মৈচাকপু থাংগদরা লৈহৌগদৌরিবা নংগী খনগদরা ঐম্ম মৈচাক অনি অসিনা চাকশিল্লকপদা রারেদা ঐ, রাহৈ অসি মতেক মতেক ওইবা রাহৈ কয়ানা মনাই মুপীগী মকমদা হায়খিবনি হায়বা রারি অসি তারকপনি।

মতম অসিদা মনাই ওইম্বিবী মুপীনা হায়খিবনি মতুগীদমক্তা ওইরবদি রাখল অদু থাদোকপিরো মুংঙাইবা রাখনত্তা খনবিয়ু। নংনা সংসার

থাদোক্লুনা হেক চৎখিবা খুদক্তা ঐ শিংগনি, নংগী চিতাগ্রি অদুদা চোংশিন্দুনং সহমরন সোইদনা ওইগনি চিংনবা থাদোকপিরো সত্য রাশকচরি। হায়না হায়না মতম্না ওইরকপনা মাগী মপুরোইবা অসি শিরে, হৌনবি মতুং ইন্না সংস্কার তৌবদা চাকখৎলক্লিবা মৈ অদুদা চোংশিন্দুনা শিগনি থৌরাং অদু উরকপদা লৈরিবা মীয়াম্না মহাকপু ফাদুনা থমই হায়। মতম অদুদা ঐবু ফাগন্ন ঐ শিনি ঐ শিনি হায়দুনা মানা ওন্নবা হোৎনবনি, অদুবু লৈরিবা মীয়াম্না করম য়েংগনি, খম্বদা মীয়াম্না মাবু ভাথোকক্লুনা শক্তি তৌদুনা মতম কয়া লৈখিবনি। অসুম্না মতম কয়া লৈরক্লবা মতুংদা মহাক্কী মপুরোইবগী মোংফমদা ফমদুনা ঐ শিনি হায়দুনা লৈবদগী মীয়াম্না মাবু অকিবা অমগা লোইননা য়ারেক শক্তি তৌদুনা মতম্ কয়া অসি লৈরক্লবা মতুংদা নোংমদি মহাক্না অবকাশ ফংলদুনা মফম অদুদা চৎলগা মপুরোইবগী মোংফমদুদা খোংগ্রাই চম্না ফম্নদুনা মখুৎ অনি লোন্দুনা লৈখরে হায়ন্নি, মতম অসিদা মীয়াম্না মহাক্কী মতৌ অসি য়েংলসি হায়দুনা য়েংদুনা লৈনখি হায়রিবনি।

তাঞ্জা অসিদা মীয়াম মাংমক্তদা হায়রিবা মুপী অসিগী মশাদগী মৈ অসি মৈকাপ্পি কাপ্পগুম ফ্রি ফ্রি কামথোক্লুনা হায়রিবা মুপীদু চাকখি হায়। মফম অদু য়েংবদা ওইরমগদবা শোয়রোইদবা মাল্লি মতম অসিদা ঐস্নু বৃন্দবন চৎপা মতম্ ওইখি। ঐনা রাধাকুণ্ড য়োবদা লৈরম্লিবা মীশিংনা তম্বনি পাও অসি তাবদা ঐ মুফম অদুদা চত্তুনা য়েংনিংই মীস্নু পংচত্তা চংনৈ। ঐস্নু য়েংনিংদুনা মফম অদুদা চত্তুনা য়েংলুবদা অওইবা ওইরমগদবা মাল্লি। য়েংবা অদুদা লৈরম্লিবা মীশিং কয়ানি।

মফম্ অদু সাধু-সন্যাসিশিংনা লেত্তুনা চাদুনা মফম অদুদা উনাম্না থাংপোক খন্দুনা কয়া লৈরম্মী। মফম অদুদা লৈর৷ ‍উং মশাদা তৈশিল্লি মী কয়া মরাইবক্তা নমই। অসুম তৌনা মফম্ অদু মতম কয়া অমা লৈদুনা সাধুশিংনা লেক্লুনা চাদুনা মতম কয়া লৈরম্লগা কুইরবগী

মতুংদা অসুম অসুম চংখি হায়না মফম অদুগী রাধাকুণ্ডদা লৈবা মীশিংনা হায়বনি তাবনি য়েংলুবনি চংলুবনি অদুদনি ঐনা খংলক্লিবনি।

রাকমশিং অসি মতম অদুদদি মণিপুর অসিদসু য়াম্না ঙাংনখি য়ারী শানখি। লৈপুং ফম্বদা কয়া থাজনখি অওইবমক ওইবরা হায়বসিদি ঐদি মফম অদু য়েৌরুবনিনা খরমখৈদি অচুম্বা ওইত্রা হায়বসি পুক্লিংদা কাওই। রাব্রি অসি লিবদা থায়নগী লিরবা "সনাতন" ওইরোই নিংই।

দক্ষপ্রজাপতিগী মচা, শঙ্করগীদি মনাই লোইনবী ভবাণী সতীনি। তানরি রারিনি, কনা উহোবা য়াওবা নত্তে। অদুবু বেদনা শাক্তিনি পুরান্না লাওরিবনি করম থাজরোইদবা, পুরান পানরি মীওইবা কয়ানা তানরি রারী ওইনা বৈষ্ণ বৈষ্ণবী কয়া কয়ানি মতম মাংনা থৌসিংপমখৈ মুংথিন চুপ্না মীওই কয়ানি, করিগীনো? পাপ কোকই, পুক্লিং লৌশিং ওই কানরিবদি অসিনি। বেদ পুরান তাকুবা য়াম্না মরু ওইখ্রবনি, সঙ্গনি, লানরিবনি তাবদা পুক্লিং চংনা পাবদা পুক্লিং লুপ্না ভক্তিনি কৃষ্ণ কংলিবনি, ভক্ত প্রহ্লাদ ধ্রুব অক্রুর—নারদ হায়নরিবনি। ভক্ত ওইবশিংগা উনরুবা শোক্লরুবা কোম্নরুবা, আলিঙ্গল, পাপ কোক্লিবনি মীদুগী মশাদা লৈরম্বা পাপ মাংলিবনি বেদনা শাক্তি ওইরিবনি॥

অহল্যা দ্রৌপদী কুন্তী তামক্তো দরিস্তথা।

পঞ্চকন্যাস্মরেন্নিত্যং মহাপাতকনাশনম॥

হায়বা শ্লোক অসি মীওইবনা অয়ুম য়াহৌরকপদা শোনরিবনি মীওবগী পাপ কোকই হায়রিবনি। সতী খুরুম্নরি মীওই কয়ানা মরুওইনা মুপী ওইবী কয়ানি সতীসী মিংচং তানরিবনি। মুপী খুদিং ফজবা ইকায় খুম্নববু কনানা পান্নোইদবনো? পোক্লবদি মীওইশিং মুপা-মুপী থাইদে, মমাংডৈ মতমদা মপান থোক্লা নোম্বা মুপা লিনকম ভাক্তা ওইবোই তৌরম্মী, অদুগী মুগ লোইত্রে, হৌজিক মুপী কোটকী

মাজিস্ট্রেৎ ওইরে নুপী কয়াসু উকিল ওইনা বিচার লোইশং ফানরে, নুপা-নুপী খায়দরে, ভারত, সরকারনা লোইনা শিন্থা পিপ্রবনি।

মরম অসিদগী নুপী ওইবী সমাজনা হৌজিক মতম অসিদা থোক্লিবা অসি খল্লুরবদি থেংবু থেংমল্লবনি নিংই। সোথবা মীথা পোল্বা কনাসু পায়রোই, মতিং লৈনা মীথা পোন্দনা লৈবা হিংবদি মীওইবগী অধিকারনি। মীওইবনা অফববু পামই নুংঙাইনা লৈনিংই মরম অসিনা মথক্তা পণ্ডরিবা শ্লোক লাইগী পাওতাকনি নিংশিংবা কাম্নগনি। দক্ষ-প্রজাপতিগী মমোম সতীগী মমিংনি, মমিংতুনা অহুম ওইখিবনি। চাওবী, অহল্বী, ভান্নু, সুবদনী, লোয়নননা সতী ওইগনি। লমচৎ-শাজৎ রাঙাং ব্যবহার পুন্নমক অসিবু মফম মতম চানা শিজিন্নরিবা মী সতী ওইগনি অসিখক্তসু নত্রি মরম কয়াসু লৈরমখিগনি খংবা কয়াসু লৈরিবনি সদাচার খংবা ওইগনি। ইতি।

লোইরবা



## ফোংখ্রবা লাইরিকশিং

১। বিবিধা প্রনালি
২। বৈষ্ণগুণামৃত
৩। জ্যোতি
৪। মীওইবা
৫। শিবপুজাপদ্ধতি
৬। সংগ্রহপদ্ধতি

## মথং ফোংগদৌরিবা লাইরিক

১। সতী
২। গ্রহশান্তি
৩। শ্রাদ্ধপ্রকরনম্
৪। হুক্কু খর পূথোকদৌরিবা